# উদ্ধবকী পাউ



সোনামণি এলাংবম

# উদ্ধবকী পাউ



সোনামণি এলাংবম

# উদ্ধব্‌কী পাউ

সোনামনি এলাংবম

অহানবা ফোংবা—আগষ্ট, ১৯৮৩ ইং



ফোঙ্‌জবী :— কমলাম্মা রাজকুমারী

ফংফম:— রাইর্টস বুক ষ্টোর পাওনা বাজার; ইম্ফাল মনিপুর

সাহিত্য ... ইম্ফাল




কোপী মশী:— ৭০০ (চাতরেৎ)

মমল — লুপা ১৫ (লুপা তরামঙা)



---

নম্ফম :— মনিপুর নিউজ প্রিন্টিং ৱার্কস, পাউনা বাজার ই ফাল ।

# কথোকচবা

ইপা ইবুংঙো
পন্থৌ অপোকপগী
খুত্তা

সোনামনি

# ৱা অময়ুং

অঙাং ওইরিঙৈদা বকুল্ মখোঙ্ মাগুবতা পারিজাত্ হয়নগী ৱারী তাখি। মতুদা দ্বারকাদা লৈরিবা সনা লুপা মনিমুক্তা ফিরোল্ পুম্নমনা খল্ নামদা হাপ্লগা শ্রী কৃষ্ণনা খল্ নামদা ফময়ুনা ওন্বদা শ্রী কৃষ্ণতনা লূম্বা হেল্লতুনা ব্রহ্মর্ষি নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণবু পুখিবা তারবদা ভক্ত উদ্ধব্না চেম্থোরক্কুনা তুলসি পত্র অমদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্ ইরগা খল্ নামতুদগী পোং পূম্বা লৌথরগা হাপ্পদা তুলসি পত্র অতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মশামক্তগী লূম্বা হেন্দুনা নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্ ইবা তুলসি পত্রতু পুদুনা চংখি। শ্রীকৃষ্ণ মশামক্পুদি দ্বারকাদা অতুম্ থনমখি। নুমিৎ অতুদগী খন্থি উদ্ধব্ হায়বসি কনানো—মাগী ৱারী খর পানীংখি। ঐবু পোকপীবা পন্থোগী মনাক্তা লাক্পা অহল্ লমন্ ৱারী শাবদা উদ্ধব্ সংবাদকী ৱা ঙাঙ্নবা তাখি—থাঙ্গৈশেংবদি খঙ্খিদে। মতম কুইনগী তুংদা ইং ১৯৮০ হৌগৎলক্পদা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান্ পারুবদা ৱারী অসি থেংনরুবদগী উদ্ধবকী পাউ ইগে খন্থি। ইং ১৯৮১ দা ইখি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী ৱারীনা মপুং ওইরগা চুম্নগী ঐনা খঙ্বা মওংদা উদ্ধব্কী পাউ ইজবনি।

জগতকী মবুঙো ওইরবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী কোলোই শোঙ্ত—শকচবসি খঙ্জদ্রবা অমনা শোঙ্জবনি খনবীতুনা ভক্ত ওইবশিংনা অয়োন্ অরান্ পুম্বা ঙাকপীগনি হায়না খঞ্জে।

সোনামনি

# উদ্ধবকী গাউ

## গৌরচন্দ্র প্রভুগী ভাব

### ১

বসন্ত ঋতু লাকপদা অনৌবা য়েন্নীং হুল্লে।
সুরোধোনী গঙ্গা মপান্ অনৌবা শক্লোন্ লৌরে,
গৌরপ্রভু উরুবদা সুরোধোনী মোমোন্ নোক্লে,
সঙ্কীর্ত্তন্ খোজেল্ তারবদা গঙ্গা ঈথক্ হৌরক্লে।

ভক্তশিংনা ইকোয়্কোয়্ গৌর নিত্যায় জগোয় শারি
কলি যুগকী জীব লানবীগে হায়না গৌরদি
হরিগী নীংথির' কোলোই মিংলেন শক্লী শোল্লী
"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ"—হরি মিংলেন শোল্লি শক্লী।

কৃষ্ণ নাম্না অথোইবা লন্নি কলি যুগতা,
হরি কোলোই নত্তনা গতি লৈতে তাইবঙদা;
ব্রজ ভাবপু ওইরক্লে গৌরচন্দ্র প্রভুদি—
গদাধর উরুবদা নীংশিংলক্লে রাধারানী;
সুরোধোনী' যমুনা ওইরে, ভক্তনা ওইরে সখি'
ভাবনা ঙাওরে লৈমায়্দা ওল্লে গৌর রাইদি।

## ২

গঙ্গাগী পাক্ল' লৈঙোই সেক্তা থক্তা
করম্মো দোড়ী য়াওদনা উংলেদো
বসন্ত চেক্লা কোকিল্ খোন্থাংলক্তা
তোয়্না কৌরে, লৈবাক্তা ওল্লে গৌরদো ;—

"প্রান রাধে ! শ্যাম্ থব্রায়্ বিনোদীনী
বসন্তনি—মালঙ্না লিরি হুমলি
উচেক ব্রায়া পুম্বনা শোল্লি "রাধা"—
প্রভুনা কৌরি "হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ"—

"হুন্দোক্রম্লে নহাক্পু চান্নথোইবী
মামা কংসেই ধনু' যজ্ঞ য়াওঁদা—
করম্মা লেল্লী, ওন্থোইনা খাঙ্হৌবী !
প্রেম্ বিকার ওইরে জ্ঞান্ মাঙ্লে গৌরদো—

তোয়না তোয়না কৌরকলে—"উদ্ধব চান্নবা,,
হংলুনে চান্নবীগী মপাও ব্রজদা।

# ২

# বলাই কাহ্নাই দেবকী বসুদেব উনবা

ধর্নুযজ্ঞ লোইখরে কংস উদ্ধার তৌবীরে,
চানুর মুস্তিক্ লোয়ননা পাপী কয়া লান্‌বীরে;
উগ্রসেন্‌গী মখুত্তা লৈবাক্ অমুক্ শিন্নরে
ম্বারবী পৃথিবী—অৱা পোৎলুম কোক্‌চরে।
বলরামগা লোয়ননা "ইমা ইমা কৌহুনা
শ্রীহরি কৃষ্ণনা চেন্‌শিল্লকলে কৈশুমশঙ্ তম্না
য়োংকী য়োংহ্লোং থদংলে থাদোক্লে বসু দৈবকী
খুরুম্‌জরে অনিনা চরন শোক্লা মখোয়গী॥
শ্রীহরিনা হায়্‌রক্‌ই নুংশিরবা খোন্থোক্লা
"নচাবু ঙাক্‌পীয়ু ইমা থৌজান্‌বীয়ূ হে পিতা
পলেম পন্থো অনিবু থৌওই উসিৎতরবা
মাগুম্না তোল্লবা অমা লৈত্রে তাইবঙ্‌দা!
তৌবীমল্ খঙ্‌দ্রবা নচানি পঙ্‌লবনি ঐখোয়দি
থৌওইরুদ্রে ম্বারৌনু ঙাক্‌পীয়ু ইরাল নচাগী
লঙ্‌জরুরে ইরাল কয়া থৌখঙ্‌দ্রবা নচান।
চানবীয়ূ চানবীয়ু, ঙাকপীয়ু ঙাকপীয়ূ নখোয়না॥"
পিরাংনা চোৎলবা মিৎস্না মরিনা
চিংনা-চিংনা য়েংজে বসুদেব দৈবকী
য়েংবগী পেন্‌বা নাইদ্রবা শক্তমদো
য়েংলিমথৈ, পেনবা নাইদে অনিদো।

মালঙ্ তাইবঙ্ থমন্নুংগী ন্নাংমদস্থ
ন্নাখল পুক্নিং থম্মোই পুস্বদস্থ
লৈন্নমলোইনে' সিগুম্না শকহেন্বা
ফংলোইনে কৈদা সিগুম্না খোয়নৌবা ॥
কপ্পতনা লোথরবা খোন্সিনা
কৌজরি দৈবকী হন্না হন্না
"ইমাগী থম্মোই মনি নুংশিথোইবা !"
চিংনা য়েংলি পেন্নাইদ্রবা শক্তমদো।
অন্নাব-লক্তস্থ খোয়রুম তৌজৈ বস্থদেব
খঞ্জে-লৈরিদ্রা'মা হেন্না নুংশিথোইবা।
থাঙ্গংলে পাম্বোম্ শারে হরাও জগোই
"পেল্লে পেল্লে, থম্মোই পেল্লে ঙসিদি।
উজবদা নখোয় অনি, ন্নাম কৃষ্ণ
চঙশিল্লকউ ইনাক্তা (ইপাগী ইবুঙো) দাওজী কহ্নাই
ইপা কোন্গে লাও, ইপাগী থন্নাই মনি ॥"
চিংন্‌য়েংজৈ (বস্থদেব) তিংথোক্চে পাম্বোম অনি।
খৌগংলবী দৈবকী মিন্ন' খোঞ্জেল্‌না
হায়রক্ই নুংশি নুংঙোল্ নুংহিক্লনা
"হে যাদব ! ইমাগী নুংশিথোইরবা !
নিঙম্‌হৌদেকো ইমাগী ইবুঙো !
পোক্পদৈই উবা ফংজদ্রিবী ঐনি
তাবা ফংদ্রি ইচাগী নুংশি খোঞ্জেল্
কংসবু কিবনা খোম্লাং মায়োক্নদনা

থেঙ্‌ল' অহিংদা গোকুলদা থৈখিবা
নুংশিব' নঙবু ইমাগী ইবুঙো
মিকুপ কাংদনা নীংজবী ঐহাক্নী।
অহিং কয়া তাংলো লৈনা থেংবদা
ইমাগী খোম্লাং নঙ্‌থরক্লবদা
নঙবু নীংশিঙ্‌ নীংশিঙ্‌ কৌখি কয়া
কংসগী মম্‌লবা কৈশুম শঙ্‌নুংদা॥
ইমাঈ' 'বুঙো নঙ্‌বু কায়ন' মৈচাক্না
থম্মোই কায়্‌না অব্রা মৈশা নংলবী
মংলু পিরাং থন্‌ নঙ্‌বু নীংশিংতুনা
কুব্জা কয়া লেল্লক্লবী লাইবক থীবী (নমা ঐনি)
ঙসিদি পেল্লে পেল্লে থম্মোইসে।
ইমাগী মনি! নঙগী চেঙ্‌লো উজবা

নুংশি খোঞ্জেল তাজবা
পেল্লে ঐগী থম্মোইসে

অব্রা অনা কাউথরে
হব্রাউ মথোই কারেনে।
লাও লাও ইমাগী নিলমনি
ইমা পমগে লাও
ইমাগী খোম্লাং নঙ্‌থরকলে
লাও লাও ইমাগী মনি
ইমা খোম্লাং ইনগে লাও।

মতম্বাক্তা পমজরে দৈবকী
শ্যাম নিলমনিদো
খোম্লাং ইনজৈ মমানা
মকোক্তা নান্বী হুংশিনা
মোমোন নোক্চৈ শ্যাম
চিংন য়েংজৈ দৈবকী।

## প্রদোষ লিলা ভাব উদ্ধবনা য়াথং

৩

কংস নিংথৌ লৈতরে লৈবাক্কী রাবা কোকখরে
শ্রীহরি লাক্লবদা মথুরা বাশি হরাওরে ;
রাম কৃষ্ণ অনিনা উদ্ধব অক্রুর লোয়ননা
নগর য়েংবা থোরকলে য়াদবশিংনা তুংইন্না।
হরাও তয়াম্ পুমথন্ থন্ মনিন্ নাইনা লাঙ্খরে
পেরে শিঙ্গা খোংলক্লে ঢাক্ক ঢোল য়ৈরকলে
থোঙ্গাল খুদিং লফুয়ুং ঘোট চফু থিন্দুনা
য়াঙ্বী শোরোক পুমথন্ থন্ শোরোক কাগুপ্ লেপ্লুনা
ধুপ বর্ত্তি কংখরে মৈরা পরেং থাঙ্গংলে
"শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে" মায়কৈ পূম্বা নিল্লক্লে।
মথুরা বাশি পূম্বনা লমজাও শোরোক থন্ন-চং
কনানা ঈশৈশক্ কনানা জগোয় শা।

কনানা পূংবু থিন্ কনানা বিনা খোং
পূমনিন্ নিল্লে মথুরা পূল্লাং লাঙ্লে নগরশে।
লৈরাং খুজোক চাইথরকলে হরি ধ্বনিনা নিল্লক্লে
শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে রাম কৃষ্ণনা জয় ওইরে
মায়কৈ তরা নিল্লকলে মীপূমতিংনা লাউরকলে
মথুরা বাসি পূম্বা হরাও মখোই কারক্লে।
রাম কৃষ্ণ অনিনা যদব'পূম্বা তিন্ননা
নগর য়েংনা কোয়রিদো হেদোই হেরাও কারিদো।
সন্ধ্যা মতম্ হেনখরে অহিংগী অহান্বা য়ুথক্লি
দলাই লেংদ' তোংজনা লোয়িন খমইন্ তুংইন্না
য়াঙ্বী থক্তা চৎলিবী মূনা মূনা য়েংলিদো
চুম্বং লৈনা হাইদোক্লা—"কদাইদনো শ্যাম।"
লৈনারক্তা উখরে নীংথিরবা শক্তমনি
মীরাও ঈখোল্ নমহৎনা খুজি নাচি খোঞ্জেলনি
শ্যামগী থরাই তনিকলে অতুঙৈগী শক্তমনে
গোবর্দ্ধন যজ্ঞ লম্বীদা মানস গঙ্গা মপান্নে।
"ব্রজেশ্বরী চান্নবী কদাইদনো নহাকপো
চন্দ্র সরোবর কুণ্ডদা ঙাইজখিবা মতমদো
প্রদোষ কালগী লায়নানি ব্রজবৃন্দাবন কৈদনো?
শ্রীকুণ্ডনা কদায়দা ঙসিগী সঙ্কেট কৈদনো
নোপুর খোঞ্জেল শৃং শৃং ঐগী বাসি কৈদনো?
থম্মোই ওমচাক্লরকলে কাহ্নাই লোন্না থোকখরে

মীয়াম লক্কে থৈদোক্লে অচিকপা মফম কৈদনো
চান্নবা উদ্ধব কৌথোকলে হাঙ্ল' লমহাং পাংলক্লে।

যুথেশ্বরীলক্তা অথোইবী
শ্রীবৃন্দাবনগী মবেম্মা
রাধিকা বিনোদিনী
প্রানেশ্বরী উনিংবনা,
চেঙ্থৈগুম্ নিক্লক্লে শ্যাম।
প্রেম্না থল্ল রাহৈনা
মতেক্ মতেক্ খোম্থোক্লা
হায়রক্লী নীক্লা নীক্লা।

"হে উদ্ধব! চান্নথোইবা'
নঙ্তনা খঙ্বনি ঐ' আসা
নঙ্তনা খঙ্বন্নি ঐ' রাবা
শ্রীমতি কায়না মৈচাক্লা
মায়্কৈ খোন্না চাক্লেনে
ওমচাক্লরে ঐহাক্সে।
কুঞ্জবন্না কদায়নো
শ্রীকুণ্ডনা কৈদনো?
অহিংনা ঈচিক্ হুল্লগা
থাজনা রাংনা কারগা
ওমচাক্লরে কৃষ্ণ ঐদি
কদায় ঐগী থরায়দি?

হে উদ্ধব্ চান্নথোইবা
নহাক্তনা খঙ্বনি
শ্রীদামগী শাপ্পা ঐহাক্তী
নবেম্মা উনবা য়াদরে
চহি চামা কায়ন' তারে,
হে উদ্ধব ! চান্নথোইবা
চৎলু, চৎলুনে থিন্দন।
বৃন্দা মাগী বন্দুদা
শ্রীমতীগী মকাদা
তম্মুনে কৃষ্ণ ঐগী অৱাবা।"

হিক্ হিক্ লাউনা কপ্লক্লে
কপ্পা কপ্পা ৱান্থরে
জ্ঞান্ মাঙ্লে শ্রীকৃষ্ণ;
শ্যাম্গী মতৌ য়েংবদি
উদ্ধব্ পূক্নীং নুঙোল্লি।
মনাই উদ্ধব্না কোন্খৎচৈ
চিংনা য়েংনা কপ্চরি।
নাপ্পদা মবুঙোগী
শ্রীরাধা কোলোই নিংথিবী
হন্না হন্না শোঞ্জরি
হিক্না হিক্না কপচরি।

শ্রীমতী রাধা কোলোয়্‌সে
সঞ্জিবনি মন্ত্রনে;
রাধা কোলোয়্‌ তাবদা
জ্ঞান্‌ তারক্লে শ্রীগোবিন্দ
মিংস্না তপ্না পাঙ্‌লক্‌লে
উদ্ধব্‌ চিংনা য়েংলক্‌লে।
মবুঙো চরন্‌ য়েংহনা
হঙ্গচ্চরে উদ্ধব্‌না
"ইবুঙো-চানবী হৈবা ( হে কৃষ্ণ )
রাধিকাগী থরায়্‌ ওইবা
নয়াথং ফিগাও শানা য়াজরি,
ননাই ওইবা উদ্ধব্‌নি
থিন্দনা খোঙ্‌দোই হুঞ্জগে
শ্রীবৃন্দাবন্‌ য়োজগে।
অমুক্‌ থীম্বা তৌজরোই।
নঙ্‌গী য়াথং কাউজরোই
হে কৃষ্ণ থোজাল্‌ হৈবা
মপোক্‌ মপোক্‌ থুদীংদা
নয়াথং থোদা পাঙ্‌জবা
পীনবীয়ু নহাক্না
হে কৃষ্ণ !
নঙ্‌গী কোলোয়্‌ শোঞ্জবা
রাধা মন্ত্র শোঞ্জবা
কাউহন্‌বীয়ু নহাক্না।"

# উদ্ধব্‌কী বৃন্দাবন যাত্রা যমুনা দর্শন

অহিং চুপ্পঃ কৃষ্ণ মন্ত্র শোল্লগা অয়ুক্তা
কৃষ্ণ য়াথং তুংইন্না উদ্ধব্‌ চংলে ব্রজদা।
অয়ুক্‌ ঙন্না হৌগংলে গনেশদেব খুরুমলে";
লাইয়াম খুরুম্‌ উদ্ধব্‌না মবুঙো বিদায় লৌজরে।
মঙ্গল পোংলম্‌ কয়ানি খোঙ্‌শাল্লমদায় য়েংখিবা
ঈশিং থল্ল চফুনি, লফু লুপা অরংবা
লম্বী য়ায়দা য়েংলগা উদ্ধব্‌ দলাই কাখংলে
কাইদ কাইদ থৌরকলে্‌ মায়গৈ ছীন্ন' য়েংলকলে।

নীংথির' মথুরা রাজপথনি
ফিঙাং লদীং তাবনি
নাকন্দা হৌরি উগী পল্লেং
শাংলি লৈরাং কয়া কয়া
ফুরা দলান্‌ লক্তা চংলি
অশংবা লৌবুক্‌ ফাওরি
অহাঙ্‌বা লমহাং লাল্লি
কূংলবা উমং শম্‌লি।
বৃন্দাবনগী লম্বীনি
উদ্ধব্‌ কাইদ থৌরকলি ;
শগোল শাজৈ থাহ্নুনা
মহৌশা ফজ-য়েংনা য়েংনা
কৃষ্ণ মন্ত্র শোন্না শোন্না ;
মালঙ্‌ খংগোন মায়োক্না ;

দলাইনা চেল্লি গদং গদং
শগোলনা চোংলি খতে খং।
লুংশিংকী মমাঙ্ থারক্লি
খোঙ্লৈ থুনা খৌরক্লি;
শগোল্ খুরুপ্ থারক্লে
নমদা শাজে হাইরক্লে
ুপ্লী কোমথা থারক্লে
মথুরা তুংওই থনম্লে।
লম্বী নাকল্ উপাল্ কম্না
চেনখরে মথুরারোমদা,
লেঙ্দবা উনা লেঙ্লক্লে
চেল্লিবা দলাই লেঙ্খিদ্রে।
শগোলনা খুরুপ্ থারক্পা
উদ্ধব্ প্রবর্ শকহেন্বা
কৃষ্ণ মন্ত্রদা লুপচরি
শোগুরি তত্তনা কদাইদনো
হে রাধিকা ফজবী।

থিন্দনা য়োরক্লে যমুনা, নীংথিজরবী;
থেক্না খোয়না চেল্লিবী, মাধব্ থম্মোই হুথিবী;
শংবানবী যমুনা গোপী থম্মোই হুরিবী
মহাকপু উরুবদা উদ্ধব্ থম্মোই লুঙোল্লি।
"বসুদেবনা পমহনা অহিং নোংয়াই চবুক্ক
অতুঙৈ নবুঙোনা নহাকপু লানঙৈদা;

ক.সৈই কৈশুমশঙ্ থাহুনা গোকুল তম্না চেনবদা
ঈথক চাওনা হৌরবী নঙ্না লম্বী পীখিদো
বসুদেব মথানুংদৈই নঙ্না লৌনা পম্নখিদো
মহাকপু পমজরুবনা মথানুংদা নহাক্কী
শ্রীঅঙ্গ কান্তি ফংহুনা শংবাম্নবে নহাক্কী।
নহাক্কী পুলিন্দা লৈঙোই শেক্তা মথক্তা
যুথেশ্বরী রাধিকা ব্রজগোপী পুম্বগা
মবুঙো কৃষ্ণ লোয়ননা রাস লিলা শান্নখি
নহাক্কী লাইজ ঈরোম্নুং গোপী ইকাই ঙাক্চখি;
বস্ত্রহরন্ তৌঔদা মবুঙো কোলোই শোঞ্জখি
লাইবক্ ফবী নহাক্নী হরি কোলোই তাজবী
ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা গোপীশিংগা লোয়্ননা
নঙ্গী লাইজ ঈরোম্নুং জলকেলী শান্নখি
রাধা কৃষ্ণ অনিগী নৌকা বিলাস্ লাঙ্খিবী
নহাক্কী পুলিন্দা হরি ধ্বনীনা থল্লবী
শংবানবী যমুনা লাইবক ফবী নহাক্নী॥
রাধা কৃষ্ণ অনিগী ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী
যুগোল মুর্ত্তি উজবী লাইবক ফবী নহাক্নী
শুরগী মবেম্মা ওইরিবী ব্রজগোপী খিবিক্না
নীংথিরবা খোঞ্জেল্না তাইবঙ্ পুক্নিং শুম্নাংনা
রাধা কৃষ্ণ অনিগী কোলোই মিংলেন শোনখিবা
থম্মোই পেন্না তাখিবী লাইবক ফবী নহাক্নী
ধনু্র্যজ্ঞ যাত্রাদা অক্রুরগা লোয়ননা

রাম কৃষ্ণ অনিবু নতস্বাক্তা পমখিবা
শংবানবী শক্হেন্বী লাইবক্ফবী নীংথিবী
নঙ্গী লাইজনা থেংবদা ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী
অঙ্গ গন্ধ ফংজরে ; লাইজ খুজোক থক্তুনা
অরাম খৌরাং কোক্লবা শেংদোক্লবা হকচাংনা,
রাধা কৃষ্ণ অনিগী চরন্ সেবা ফংজগে
হরি কোলোই শোন্বদা থৱাই অসি কচ্চগে
ৱারম অসি হায়দুনা উদ্ধব্ প্রবর নীংথিবা
যমুনাবু খুরুমলে লাইজ তর্পন কচ্চরে।
মালঙ্ শউম থেংবদা ঈথক্ ঈপোম্ কারিবী
ৱায় ৱায় চেনবী যমুনা উদ্ধব্ য়েংনা পাউমেন্থি
" মবুঙো কায়না ৱারবী কপ্চরিনে বৃন্দাবন্
য়েংউনে উদ্ধব্ প্রবর মুংহীক্লবী বৃন্দাবন্
গোপ সখা কয়ানা বন উপবন খুদিংদা
গোবর্দ্ধনগী তময়াদা যমুনা ঐগী পুলিন্দা
লাউরি, কপ্লি, থিরি কদায়দনো গোপাল সখা ;
গোপী' খিবিক লোয়নবী যুথেশ্বরী রাধানা
যমুনা ঐগী পুলিন্দা হাইহৎ হাইহৎ ৱাম্বা
কৃষ্ণগী কোলোয়তনা থৱাই ওইবী রাধিকা
থিরি, কৌরি, কদায়দনো শ্যাম ; থৱায়্গী মাধব !
থম্মোই কায়রবা কংন-থোয়রবা নন্দ বাবা
ৱাঙাঙ্দ থাঙলি কায়না মৈশা লাইবক্ খুতুম্শুনা ;
মাগী হাকন্ চঙ্বদা মীমাঙ্ ফম্লবী যশোদা

কৌরি তোয়না তোয়না কৈদৌঙৈ লাক্কনি শ্যাম্;
থিল্লগনু হে উদ্ধব চৎলো থুন-ব্রাজ ধামদা
নঙ্গী খোয়থুম্নবা নপাউনা হরিগী পাউ তমত্নুনা
কৃষ্ণগী মঙ্গল লৌত্নুনা থেম্জিল্লুনে মখোয় পূম্বা
অমুক থীম্বিরগনু, চৎলু চৎলু হে উদ্ধব্।”
যমুনা বিদায় লৌত্নুনা কাইদ-কাইদ থৌরকৃলে
গোকুলগী লম্বী পাংলকৃলে যনগী খোঙ্গুল ইল্লকৃলে
উফুল-লক্কা থৌরকলি বৃন্দাবনগী মায়কৈ তম্না।

## ভাণ্ডির বন, অক্ষয়বট দর্শন

থিন্দনা য়ৌরকৃলে বৃন্দাবন্ ভক্ত উদ্ধব্
পূক্লিং হুনা ফজবী বৃন্দাবনগী শক্তম্না
উদ্ধব্ পুক্লিং ইনৌনৌ উজরে ভাণ্ডির বন্দা
অক্ষয় বট উপালদো ইখোয় নৌনা যজবা
লাইবক কৎন-থুরুম্ন পোথাজরে বট্কী খোংদা।
ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী হৌরব্র’ লিলা কয়া’মা
পুক্লিং মিৎনা উজরে; মিৎয়েং শাংথৈনরকৃলে,
ভাণ্ডির বন পূমনিন নিন্ অক্ষয়বটকী মখোঙ্দা
ব্রজৈই অঙাং অপূম্বা তেংথারম্মী কৃষ্ণ কৌনা
মখোয় মতৌ য়েংবদি উদ্ধব্ পুক্লিং নুঙোল্লি।
থোৎন নৌবা খোজেলনা মেঙন খোয়থুম রাহৈনা
অরা পুক্লিং থেমজিন্না তপ্পা হায়রকৃই উদ্ধব্না।

ব্বাগন্নু হে ব্রজগী অঙাংশা
কপ্লগন্নু নখোয় পুম্বা
নবুঙো কৃষ্ণ কৈদৌদে ;
বাম্ব কৃষ্ণ অনিমক।
মথুরা নগর মপুংয়াই
হন্নাও তম্মাম লৈহৌই।
মঙ্গল পাঙসি তম্নবা
ঐহাকপু উদ্ধব্ কৌবা
থারকুলি নখোয়' ফমদা।
তারো হে গোপ অঙাংশা!
উদ্ধব্ ঐগী ঈপাউসে
"হায়রকই শ্রীগোবিন্দনা
যুগ ধর্ম্ম ঙাক্নবা
চংলি ঐনা মথুরাদা
থবক পাঙথোক্ত তুংদা
হল্লকনি গোকুলদা
থিন্দনা য়ৌরক্নি ব্রজদা।"
ব্বাগন্নু ব্রজগী অঙাংশা
কপ্লগন্নু অমুক হন্না
শোয়দনা কৃষ্ণ হল্লকনি
থিন্দনা গোকুলদা য়ৌরকনি

৬

## নন্দলায় দর্শন

ব্রজৈই অঙাং অপূম্বা থেমজিল্লমলে উদ্ধব্না
ভাণ্ডিরবন থাদোক্লে চৎলক্লে নগর তম্না
থাপ্ন—ফজর' নগরদো মিং পেম্না য়েংলক্লে
বিশ্বকর্ম্মানা শাম্বা ফজরবা নগরনে
নন্দ নিংথৌ কোম্নুংদি পূক্নীং হুন ফজবনি
মবুঙো নৈন' শাবনি মিংফম হোংবা য়াদবনি।
মনি মুক্তা থাম্বা ফুরা দলান্ কয়ানি
সনানা ইংঙ্গ্রি শিংলবা চুম' লম্বী পরেংনি
মবক্ মরক্ পুথ্রিনি লুর' লাইজ থল্লবা
থরো থম্বাল্ থারিক্থা থম্না শাংল সরোবর
পাক্লবা উদ্যান্ কয়ানি অশং' নাপী কৃপ্লবা
উহৈ রাহৈ চুম্লবা হৈকোন্ নৈকোন্ কয়ানি
মরক্ মরক্ যুংলিবা মনিগী যুম্বী কয়ানি
উরুবদা পূম্নমক্ উদ্ধব্ থল্লে ওক্পনা
মিংয়েং কারন্ লানঙম্দে মিংফম্ হোংবা ওম্জদে।
নগর য়ায়দা থৌরকলি দলাই অছু কাইদ কাইদ
থিন্দনা য়ৌরকলে নন্দ নিংথৌ স্নথোংদা
কৃষ্ণগুম্না নীংথিবা ভক্ত উদ্ধব্ উবদা
ব্রজে মীপূম্ খুদিংনা য়েংজৈ হম্না হম্না;
কৃষ্ণে মপাউ পুত্থনা উদ্ধব্ থুংলৈ তাবদা
সনা সঙ্গাইমুংদগী লেঙ্থোরকলে নন্দ নিংথৌ

ব্রজগী ফম্নাই ফানাইবা তিল্লে নিংথৌ সভাদা
যশোদা রোহিনী, কোন্নুংগী লৈমা অপুম্বা
লাঙ্তরুনা ঙাইরকলে উদ্ধব্ প্রবর নীংথিবা
নন্দ নিংথৌ য়াথংনা উদ্ধব্ কাইদ চঙ্লক্লে
তারাম্ তারাম্ ওক্লগা আসন্ থক্তা ফম্হল্লে
জলপান্ লাঙ্লগা অতিথিসেবা পাঙ্থোক্লে।
কৃষ্ণে মপাউ তানীংবনা লাঙ্তক্লর' নন্দ নিংথৌ
মিৎস্না পিরাং ঈহৌনা নিংথৌ ওইবা হৌনশা
লৈথ্রবদা ঙ্খাঙাংথোক্ত' নিংথৌ য়াথং ঙাইরিবা
উদ্ধব তুমিন ফমজরি নিংথেম্ য়াকা য়েংতুনা
চিক্থ্রে সভা উন্নাইমুক লৈরি পূম্বা তুমিন্না
তানীংবনা লাঙ্তক্লবী ঙাইঙমদ্রবী যশোদা
নাকন্দা মায় লৈথোক্লা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে
কপ্পা কপ্পা কৌরকলে "কদায়দনো ইমাই কান্হাই"।
য়েংঙমদরে যশোদা, নিংথৌ ইঙ্গিত তুংইন্না
উপনন্দ কৌবনা হংজে উদ্ধব্ মকাদা

"হায়বীয়ুকো হে মহাশয়
নমিং করি কৌবগে
করি লমদগী লাকপগে
করি ঙ্খারম্ লৈবগে
তম্মু নিংথৌ মকাদা"
"উদ্ধব্ কৌই ঐহাক্তী

যাদব শাগৈদা পোক্‌পনি
কৃষ্ণগী মনাই মনাইনি
যাদব মপাউ পুরক্লি
মথুরাদে লাক্‌চরি”।
উদ্ধব্‌ মপাউ তাবদা
তয়াং তশোয় রাখল পূর্ণা
ফাথরগা নন্দ নিংথৌ
হংলকই উদ্ধব্‌ মকাদা
“হায়য়ু হে উদ্ধব্‌ নুংশিবা
ঐগী মরুপ বসুদেব
নুঙাইনা পাল্লিদনা?
কংসেই কৈশুমশংদগী
থাদোক্লেদনা হৌজিক্তী?
মচা অনি লোয়ননা
শোয়দনা লৈরম্নি নুঙাইনা
তম্মু মাগী মঙ্গল পাউ।
মচীন মনাও লোয়ননা
হিংচাবা কংস হাংখিবা
নুঙাইবনি ঐখোয়স্সু।
মরালনা মপোৎ ফাত্তুনা
শিজপ্রবনি মখোয়স্সু
ঐখোয়বু খঙহল্লু নঙ্‌না
নীংশিঙ্‌লিবরা কৃষ্ণনা

মহাক্কী মপা মমা
বৃন্দাবন্দা লৈবা মরুপ ;
নীংশিংলিবরা মানা
মহাক্কী যনবী যন্নাও
মহাক্কী গোপী পুম্বা
মহাক্কী গোবৰ্দ্ধন চীং
নত্রগা কাওগ্রবরা পূম্নমক ?
লাক্‌খিদ্রনে মাবু অমুক।
নীংশিংলিদো ঐখোয়দি
হিংচাবা কয়া মথুৈন্তে
মানা ঐখোয়বু কন্‌খিবা
যমুনাগী ঈয়াইদা
কালী লীনগী মথুৈন্তে
মানা ঐখোয়বু কন্‌খিবা
উমংগী লম্মৈ লক্কুগী
মানা ঐখোয়বু কন্‌খিবা
কাওবা লৈতে ঐখোয়দি
মানা তৌরম্বা খুদীংদো
মাগী শুদ্ধাংন মায়থোংদো ;
যমুনাগী তোর্ব্বান্দা
গোবর্দ্ধনগী তময়াদা
বৃন্দাবনগী উমংদা
পাক্লবা যনজেংবুংদা
পুক্রি সরোবোর খুদিংদা

তারিবা কৃষ্ণে খোঙ্গুল
ঙশি ফাওবা মুত্তরি
মহাক্কী রাখল্তনা
থম্মোই খুদীং থম্নরী।
রম কৃষ্ণ অনিদো
মী নত্তে লাইনিকো
শাম্ম লীশিং তরা পাঙ্গনবা
কংস নিংথৌবু হাংডস্বা
কুবলয শামু হাংডস্বা
গোবৰ্দ্ধন চীংবু চাওরবা
মাগী খুদোননা পুখিবা
মীনা লেঙবা ঙমদবা
কংসৈই লীকং খুদেকপা
লাইনা কির' হিংচা কয়া
ইরায লায়না হাংখিবা
কৃষ্ণ মানি অথোইবা
কৃষ্ণে মগুন শোনবতনা
মিৎস্না পিরাংনা থল্লবা
নন্দ নিংথৌ য়াইফবা
রা ঙাঙ্বা অমুক ঙমলক্ত্রে
হিক্ক কপ্প তুমিন লৈগ্রে।
নিংথৌ নাক্তা ফমলিবী

হিক্লা হিক্লা কপলিবী
যশোমতী রানীদি
খোন্নাং নঙ্ থরকলেদো
ম্নিংন্না শুবং ঈহৌনা
মতেক ওইবা ৱাহৈনা
হুংলক্ই তপ্না তপ্না
"হায়য়ু উদ্ধব্ মুংশিবা
কদায়দা লৈ রাম কৃষ্ণ
উত্রবদা মখোয় অনি
থম্মোয় কায়রে ঐখোয়দি
ঐখোয়গী বলাই কান্হাইদি
ননি য়াম্না পাম্বনি
কনানঃ ননি ইনবগে
মথুরাদা ননি ফংবরা?
হায়বীয়ু কবম লৈহৌ'গে
কৈদৌঙৈ লাক্কদগে।
ব্রজদা লাক্লরোই হায়বরা
তম্মুনে মখোয় মপাও
কান্হাই কলাই লৈত্রবদা
ঐখোয় কনা হিংবা ঙমলোই
কদাইদনো ইমাগী শ্যাম্!
হিক্লা হিক্লা কপলকলে

থম্মোই কায়রবী যশোদা।
নন্দ যশোদা অনিনা
কৃষ্ণেই রাখলদা উঙ্‌লিবা
উরুবদা উদ্ধব্‌না
কৃষ্ণে প্রেমদা লুপ্লহুনা
থম্মোই পেৎল রাহৈনা
হায়রকই তপ্না তপ্না
"তাবীয়ু ইমা যশোদা
তাবিয়ু নন্দ মহারাজ
তমজগে ননাই উদ্ধবনা
হরি ম গী মপাওবু
কৃষ্ণে মপাউ হুংশিবা ;
মথুরা কোনুং মপুংয়াই
যাদবীগী মরান য়াই
লৈরি হরাও তয়াম্না
বলাই কাহ্নাই অনিমক।
বসুদেব দৈবকী
লৈরি য়াম্না হুণ্ডাইনা
মঙ্গল পাউশি তম্লবা
নচা ইবুঙো কৃষ্ণনা
উদ্ধব্‌ ঐবু থারকলি
অমুক রাবীরগনু।

নচা ইবুঙো কৃষ্ণনা
হায়জরকই তাবীয়
"যুগ ধর্ম্ম ঙাক্নবা
চংশিন নচা মথুরাদা
মথুরা কোন্নুং মপুংযাই
মতম খর লৈবগা
এগী থবক পাঙ্‌লগা
হল্লক্কনি ব্রজদা
যৌজবক্কনি নকাদা।"
হৌবি মানা হায়রকপা
চংক্কনি মাগী রা
রাবীগন্নু নন্দ নিথৌ
নু নাংবীনু ইমা যশোদা
নখোয়নিগী পম্মোইদা
লেংদনা লৈরি কৃষ্ণনা
গোকুল বাসি পূম্বনা
ব্রজদা উবনি, থিন্দনা
শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা।"
মঙ্গল পাউসি তাবদা
পেঙ্গবে নন্দ যশোদা
অহাও তাথুম কযামা
পীজবে উদ্ধব মবুক থল্লা
কৃষ্ণে মঙ্গল ওইনবা,

সনা লুপা যনবী কয়া
দান্ তৌরে ব্রাহ্মনসিংদা।
ভক্ত উদ্ধব্ লোয়ননা
নন্দ যশোদা অনিনা
কৃষ্ণগী ৱারী তৌহুনা
লেনখি অহিং নোংশোয়বা।
নোংঙাল্লবদা উদ্ধব্না
স্নান্ দান্ লোইরতুংদা
থেনজিল্লম্' নন্দ যশোদা
খুরুম লৈইপায়নহুনা
বিদায় লৌরে মতুংদা
থাদোক্লমলে নন্দালয়
উদ্ধব্ চৎখ্রে গোপী মাঙ্দা
রাসমণ্ডল তমলহুনা
কৃষ্ণনাম শোন্ন শোন্না।

৭

## রাসমণ্ডল দর্শন-রাধিকাগী মহাভাব-রাধা স্তব।

ব্রজগী গোপী পুম্বা অয়ুক ঙম্না হৌদুনা
ঘীদা লুপ্ল' বত্তিনা মঙ্গলার্তি কৎলগা
মাথন্ চৈ চিংলকলে কৃষ্ণ গুন শক্না শক্না
মাথন চৈবু নৈবদা মশা পুম্বা নোম্লবী
মথোয়গী নাইন, খুজী লীক্না মৈঙান্দা ইরং ইরং লংলী।
মুমিৎ থোরক্লবদা মুমিৎ থুদীং হৌনশা
ব্রজ গোপী পুম্বদো নন্দ নিংথৌ শঙ্গাই তম্না
লাক্লেদো থিন্দনা নন্দ যশোদা খুরুম্বা
নিংথৌগী ম্নথোংদা সনাগী দলাই উবদা
মথোয় মশেল্ হংনখি 'কনাগী দলাইনো?
করম্বা দলাইনো? মথুরাদে লাকলিবরা
অমুক হন্না ফত্রবা অক্রুর কৃষ্ণবু হুখিবা?
করম্বা ফত্রবা থৌরাং অমা-পাঙ্থোকলিবা?
কৃষ্ণ লৈত্রবদা শিরবা হকচাংনি ঐথোয়দি
অশিবা হকচাংদা করম্বা অরাবা পীনীঙাই
করি অমুক লৈরিবা? অশুম্না রারী শারিডৈ
নিংথৌ শঙ্গাই মুংদগী কৃষ্ণ কোলোই শোন্না শোন্না
থোরকলে মথোয়গী মাঙ্দা কৃষ্ণ সখা উদ্ধব্।

শাওং শাদা শক্তম্দা কৃষ্ণ মক্তা মান্নবা
ভক্ত উদ্ধব্ উবদা গোপীশিংনা খন্নখি
" কনানোনে শ্যাম সুন্দর মাল্লবা
করি লমদৈ লাক্লিবা?" খঙ্নীংবনা ঈরাঙ্ লাঙ্
কোয়শিল্লরে উদ্ধব্ ইকোয় কোয়না গোপীশিংনা
উদ্ধব্ লাক্পৈই মরম খঙ্লবদা মখোয়না
লোথুপ লোকোই লৈতনা হংনিংবা রা হংনবা
চিংলকলে মহাকপু রাস মণ্ডল তম্না চীক্লবা।
নীংথিরবী রাসমণ্ডল ওক্লা ফজ্জে পুক্লিং হুই
থাগী অরংবা মকোয়গুম্ অতিয়া মকোয় শক্তমনি
হৈনৌ পাম্বী কয়ানা মফম খুদিং থল্লা হৌরি
লফুগী বন কয়ানা লৈতেংলি রাস মণ্ডলসি
মালিকা মালতী, যাতি যুতি, লৈগী কুঞ্জবন কয়ানি
মুল্ল' হৈরাং থল্লবা হৈপাল পরেং পরেংনি
শিরিস কুশুম্ নাগেশ্বর, বকুল কেলি কদমগী
কুঞ্জবন মথং মথং শান্নফম মশীং থীঙমদে
রতিগী লৈয়ুম কয়ানি কনানা শীংথা মঙমদে
ঋতু তরুক্লা থোগনবী ফজরবী রাস মণ্ডল
উদ্ধব্ পূক্লীং হুখরে ফজবনা শুম্মাংখরে।
মিৎফম হোংবা য়াদনা উদ্ধব পূক্লিং মুঙাইনা
কোয়না কোয়না চংলম্মী চন্দন পাম্বী মরক্তা
লৈহাও বন্ ফাওহুনা চংলি পূক্লিং নৌহৌনা

মায়কৈ মরিদা কোয়রী গোপী লীশীং লীশিংনা
বনগী উচেক কয়ানি, খোইমু কয়াস্থ য়াওরি
থিরি হংলি, কৈদনো শ্যাম কাহ্নাই শকহেনবা
রাসমণ্ডল মপুংয়াই চীক্ল' কুঞ্জবন য়োবদা
লোথুপ লোকোয় লৈতনা হংলকলে গোপীশিংনা
"ঐখোয় খঙই নংসে কৃষ্ণগী য়াম্না চান্নবা'
অদুনা নঙবু থারকলি বৃন্দাবনদা মহাক্না
থেনজিন্নবা মপা মমা ; মচাগা মমা-মপাগা
নুংশি মরী অকনবনি ; সংসার থাদোক্লবা
মুনি ঋষি যোগীকাও, কাউবা ঙমদে মমা মপা।
সহরদা লৈগ্র' মহাক্কী মমা মপা নত্তনা
লরাই ওইবা বৃন্দাবন্দা খল্লুনি কনাবু মহাকনা।
মীতোপকী নুপীশিংবু মরি মতা নত্তবা
মানা নীংশিংফম থোকপরা ? নুপা ওইবা হৌনশা
মাগী অপাম্বা থুংলগা মাগী নুঙাইবা লোইরগা
মাগী চান্নবীবু হুন্দোক্পা সহরদা লৈবা মহাক্না
লরাই নুপী ঐখোইবু নীংশিঙলকপ্রনে উদ্ধব্ ?
কৃষ্ণৈ রারী শাবদা পুক্নীং হকচাং লুপ্লবী
চাবা থকপা নীংদ্রবী থবক থনা কাওরবী
গোপী য়েংনা হায়রকই ভক্ত ওইবা উদ্ধবনা
"তাবীয়ু হে ব্রজ গোপী, থারকলি ঐবু মাধবনা
গোপী নখোয় নকমদা মঙ্গল পাউ তম্নবা

পুরীয়ূনে ঐহাকপূ শ্রীমতি রাধা মকাদা
ইবুঙো মপাউ হুংশিবা তমজগেনে মঙোন্দা।'
অসুম্না ৱারী শানা উদ্ধব লাকলি গোপীশীংগা
হৈকোন লৈকোন কুঞ্জবন কয়া লাম্থোক্ল' তুংদা
উদ্ধবনা উরে পুক্লীং হুর' আশ্রম অমা
কোকিলশিংনা খোংলি পঞ্চম শুরদা হুংশিনা
থরাই হকচাং শুম্ফংনা ঙংলি খোইমু কয়ানা
তপ্না হুস্বা মালঙ্না লিরি খোঙ্দোই হুঞ্জরী।
লেঙ্ লেঙ্ চংপা উনাশিং রাধা কৃষ্ণ শোঞ্জরী।
চাক্ল-ফজরবা লুফু বনগী ময়ায় মক্তা
শ্রীমতিগী শঙ্গাইদো ফজরিবা কম্নাদা
উদ্ধব মিৎফম হোংঙমদে য়েংলিমখৈ পেন্নাইদে
মালঙ্ তাইবঙ্ খম্নুংদা পান্দমনিঙাই মরৈতে।
শ্রীমতীগী শঙ্গাইনি রাসমণ্ডল য়ায়দনি
বিশ্বকর্ম্মানা শেম্লবা ফজরবা আশ্রমনি
মবেম্মা লৈন্' শাবনি মনিমুক্তা থাম্বনি।
আশ্রমগী মায়কৈ মরি ৱাংল' চেকপম্না কোয়শিল্লি
মরক মরক লাম্বননি চেকশিন্না ঙাক শেনবনি
চেকপনগী মপান অকোয়বা থাঙ্গপাংনা কোয়শিল্লি
য়েকখোংন' ফজর' সনা শঙ্গাই শ্রীমতীগী
রত্ন কয়া থাম্লবা ছীড়ী থাক্লা লৈতেংই ;
সনা সঙ্গাই মতোন্দা পাইরি ফিরান্ হাই হুম্না

মায়কৈ মরি লৈতেংলি মনিগী চকু পরেংনা
পুক্লিং হুর' শক্তমসে কনা শিংথা ঙমগনি
উদ্ধব প্রবর নীংথিবা ঙকপনা থম্মোই থনবনি।
মশা ফবী কল্লবী গোপী লখা লখানা
খুত্তা লীচৈ পায়হনা মায়কৈ মরি ঙাকলিদো
মবেম্মা য়াথং নত্তনা কনা চঙ্বা ঙমদেদো।
গোপীশিংগা লোয়ননা মবেম্মা য়াথং তুংইন্না
উদ্ধব প্রবর চঙ্লকলি শ্রীমতিগী নাক তান্না।

যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র লীশিং লখানা
চহি চা লিশীং কয়া কয়া চুপনা
হোম জপ্ জপ্ তপ্ ধ্যান্ তৌহুনা' ফঙনদ্রবা
মবেম্মা দর্শন ফংজরে ভক্ত উদ্ধব।
কৃষ্ণগী ব্রাখলতনা উংলবী
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্না কাহংলবী
ব্রজেশ্বরী রাধিকাগী অব্রাবা
থম্মোই কায়রবী রাধা উরুবা
পিরাং নর' উদ্ধব থম্মোই নুঙোল্লি
কৃষ্ণ কায়নরবী ব্রাবনা থল্লবী
কপ্পা কপ্পা ব্রাস্থরিবী রাধা সতী
জ্ঞান্ মাঙল্বী রাই, অমুকস্থু নোক্লী
য়েংলি খোইমুদো খুয়া থম্বাল তম্নকপা
খল্লুরে রাই খোইমুনি কৃষ্ণে পাউপূবা।
নোকমী, চিনবান কাংতক্, হায়রকই

"হে খোইমু! লৈহী চুপ্পনা থৌওইবা।
লাকলিবরা কৃষ্ণগী পাণ্ডু পুত্না
নপু ননাই মান্নজৈকো ফনা।
উরে ঐদি নকোইদা তৈরিবা কুম কুন;
নবুঙো কৃষ্ণনা যশোদা মপারী
ঐবু তেমশিংলিবা লৈশাবীচুগী
থবাক্‌ ঙানফম্‌ নম্‌লুবদা পক্‌লক্‌পা
লৈগী পরেংদা কৃষ্ণনা থোল্লিবা
শোকলুবদা নহাক্না থাংজেংবা
নকোইহু ইঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌লে কুমকুমনা;
ঐঙোন্দা পাউদমগে লাকলিবা নঙ্‌না
থৌরাংলী নত্রা ইখোং শোক্কে হায়না
ঐনা রামাঙ্‌ য়াল্লিসিনি খোইরাবা
ঐবু শোকন্নু, ঐবু শোকন্নু নঙ্‌না
নঙ্‌সে থাজনিঙাই লৈত' নবুঙোগী
থাজনিঙাই লৈতবা নমাংনি।
নঙ্‌গী নরমচং মুন্না খঙ্‌ই ঐখোয়না
লৈরাং খুদিঙ্‌ লৈহি চুপ্পা হোংনা হোংনা
লৈরাংবু লৈহি চুপ্প থম্মোই পেন্না
হুন্দোক্ল' পাইখিবা' তোপ্পা লৈরাং তম্না
মান্নজৈনে নবুঙোগা ওস্থোক্না
খঙ্‌হল্লম্নগা ঐখোইদা কৃষ্ণনা

মাগী চিনবানগী মহাও থুম্‌লবা
পুমথা থাদোকপীরমলে ঐখোইবু মানা;
খঙ্‌লবনি মাগী নমথাক লৌনম পুম্বা
অপঙবা খোইম্‌! নঙনা খনবা শারি
ঐবু পেলহল্লগা কৃষ্ণে গুন শক্কুনা
মনা মথুম্‌ ফংগনি ঐঙোন্দগী
অরেম্বনি, মতু অমুক্‌ খল্লুন্ন
ঐখোইদি হৌজিক্‌ কৈস্ন লৈজদ্রবীনি
য়ুমদগী থাপ্পা লৈরবী ঙাক্কুনি।
কৃষ্ণবু খঙ্‌ই ঐনা নঙোন্দে হেন্না
অর্জুন সখা কৃষ্ণ, সহরদা লৈবা
লৈখ্রে সহরদা লৈবী চান্নবী লক্কা
নুপীলক্কা লৈবা হৈনবী মাগী
মথোক কারকপীগী থম্মোইগী অপাম্বা
পীরি কৃষ্ণনা তত্তনা মথুরাদা
থাগৎলুচো কৃষ্ণ মখোয়গী নাক্কা
মনা মথুম পীরক্কনি মখোয়না।
খঙঙী নঙ্‌না লৌনম্‌ চিরোল তৌহুনা
পেলহন্‌গে হোৎনরী ঐগী খোঙ্‌ শোক্কুনা
সিমস্থ খঙ্‌ই ঐনা য়াম্না মুন্না
মঙসে থাইদৈ হেন্না লৌনম চাওবনা
থারকপা নুপানি লৌনম হৈরবা
অহুনা চৎপীখ্রে। ঐখোয়বু থাদোক্কুনা

নুপা-নুপীগীলক্কা পাউপূবা হৈরবা !
সিমদি খঙঙ্‌ নঙ্‌বু ঐনা থাজদে
নঙ্‌গী নবুঙো কৃষ্ণবুসু থাজদে
কৃষ্ণ মাগীদমক্তা ঐখোয় পূম্বা
থাদোকচৈ ইচা ইবা লৈজ’ পূম্বা
কৈসু খঙ্‌বিদে মানা অচু পূম্বা
চৎপ্রে মাদি মাঙহল্লম্ল’ ঐখোয় পূম্বা
অতুনা থল্লুরমু অমুক হন্না
ঐখোয়না মাবু থাজখিনি হায়না ;
মুন্না খঙলবনি কৃষ্ণগী লমচৎ
লৈঙমদে মাদি নুপী য়াওদনা
নুপীগা তিন্নবনা মাগী লমচৎনি
মথুরাদা লৈখ্রেদো হৌজিক মাদি
পঙলবী লৱাই নুপীলক্তা লৈত্রেদো
সহরগী অচৌ অশাং নুপীশিংদো
তিন্নবা ফংলমলরোই ইরায় লায়না
অতুনা মহাক, ৱারমলনি শোয়দনা ;
অতুনরা পাউপুতুনা লাকলিসি নঙনা
ঐখোয়বু অমুক মনাক্তা পুনবা।
করিগী পুনি ঐখোয়বু কৃষ্ণে নাক্তা
মাদি য়াম্না হৈবনি নুপী থেম্বা
বৃন্দাবন মথুরাদৈ নুপীতা নত্তে

লাইরৈবাক্কী নুপী ফাওবা মানা
থেম্বা ঙমলিবর্নি ইন্নায় হেক লায়না
করি' পাম্নি কৈস্থ নৈত', খোয়রবু মানা।
পুকচেল চাওই হায়দাই নবুঙো কৃষ্ণ
থাগৎপদাই যোগী ঋষি ফাওবনা
মহাক্না থৌশাবীদ্রবা ঐখোয়রবু
মখোঙনা নেৎথৎপীর, পূম্নকপু
কৌগদ্রা মাবু পুকচেল চাওবা
মাগী মনাই পঙলবা পাউপুবা!
নঙদি খঙলিরোই, তাস্থ তারিরোই
তৌবিমল খঙদবা, থম্মোই কনবা কৃষ্ণ
হান্নে মপোক্তস্থ থম্মোই কন্না পোকপনি
অবোক পৌর্নিমাসিনা লীতুনা তাথি
ক্ষেত্রি রামচন্দ্র কৌনা পোকঙৈদা মানা
নাচুংখিদে, না, নাতোন ককপদা লায়না
মাবু পামজবী যুবতী স্থূর্পনাখা'
হাৎখি অকন্বা বালি লৌনম তৌনা
থেংনখিদে ক্ষেত্রী ওইনা লানবা পানা
শাদানবগুম কাপখি তেন্ উরুমদৈ লোম্না;
ব্রাহ্মন বামন ওইনা পোকঙৈদা
মানা নিবপুম্বা পীরবা বলিরাজ
তৌবিমল খঙদনা নমথখি পাতালদা।
তৌবিমল খঙদবনি নবুঙো কৃষ্ণ

বৃন্দাবনদা লৈবা গোপী ঐখোয়না
পামজদরে মাগা মরুপ ওইবা।
অদুবু ঙমজদে মাগী ৱারি শারোই কৌবা
খঙ্‌বা ঙমদে করম লৈনি নীংশিংদনা
মাগী ৱা-মানা ভৌরম্বা থবক পূম্বা কয়া,
তোক্লশি,' কৃষ্ণগী ৱা তারন্নুশি
তারুরবদি মাগী থুম্ন' ৱারী
মানা য়াবিবা য়াবিদবা খন্দনা
থাদোকহল্লি ময়ুম মকৈ লৈজ' পূম্বা
চংহল্লি কোয়না কৃষ্ণবু থিবা
মীরক্' উরক্ শারক মফম পূম্বা।
মাগী মওং, মানা পাম্বা খঙ্‌ঙমদ্রবা
কৃষ্ণগী মরমদা ঙাংবীরন্নু অমুক;
মাগী থুম্ন' ৱাহৈ ৱাতা ৱাঙাংনা
য়েংবদা পেন্নাইদ্রবা শক্তম্না
পূংশুম শুম্মাংলবা গোপী ঐখোইনি
খল্লু খল্লুরগা, মাগী ৱা তারগা
নীংশিঙ্‌ল্লকনি পামলক্কনি হেন্না
অদুনা হে অমুবা পাউপুবা
ঙাঙ্‌বীরন্নু কৃষ্ণগী মরমদা
শাবীরন্নু মাগী ৱারী ঐখোয়দা।"
রাধিকানা অশুম্না ঙাঙ্‌লকপদা

খঙ্‌হৌদনা পাইথোকপ্রে খোইমুদো থাপ্পা
মাগী মরম খনবদা ঙাওরবী রাধা
নুংশা থীরকলে, মশা তনিক তনিক্লে
মিৎমা পীরাং থন্‌ মচিন্দা পল্লকলে
"তমলুরবদি মানা মবুঙোদা
ঐহাক্না থীনা হায়খিবা রাশিংদো
তাবদা য়াম্না রাবা তারে শ্রীকৃষ্ণ
শোয়দনা য়াম্না শাওগনি মহাক্না
করম তৌনি ঐদি করম তৌনি"
রাবনা চিনবান কংলে শ্রীমতি
কোইপাই পাইরুরগা হল্লকলে খোইমুদো
ঙংলরে অমুক রাধিকা নাক্তা'
খোইরুম মোমোন, তপ্পা হায়রকই রাধা
"মানা ঐবু চানবীরি হৌজিক ফাওবা
মাগী মরমদা ঙাওখিবা ফত্তবা রা
তম্নরফাও, থাবিরকলি মহাক্না
খোইমুসে অমুক হন্না ইনাক্তা;
শ্রীকৃষ্ণদি ঐবু য়াম্না চানবীবনি,
চান্নরবা মরুপ! তারাম্না ওকচরি
অপাম্বতা হায়য়ু, মহু পীগে ঐ
হায়য়ু নহাক লাকলিবা নত্রা অসিদা
ঐবু পুগে হায়না কৃষ্ণগী নাক্তা?

অহুবু নঙ্দি অপিকপা জিবনি
নঙ্না করম ঐবু মফমদুদা পুগনি !
মথুরাদা মাবু ফজবী মুপীশিংনা
লৈরমগনি ইকোয় কোয়শিল্লদুনা
নঙ্না করম্ ঐবু পুশিন্নি মনাক্তা।
ফরে তোকলো, পুন্নমক্ তোক্রো হৌজিক
হায়য়ু ঐ তারগে, কৃষ্ণ করম লৈরি
মাবু নীংশিংলিবরা করিগুম্বদা
মপা নন্দ নিংথৌ, মমা যশোদা
নীংশিঙ্লিবরা ঐখোয় গোপীশিংবু
কৃষ্ণবু অমুক লাকখিদ্রনে ব্রজদা ?
খোইমুস্থু পাইগ্রে চেঙথৈগুম্ নিক্রক্লে
লেপ্তুনা কপ্পনা পিরাংনা চোংলে
মুরুম মুরুম শোল্লি কদাইদনো শ্যাম
শুন্ তরংদা য়েংলি হায়রকই তনিক
"হায়য়ুনে ললিতে কদাইদনো শ্যাম
করি ইরাল লঙ্জথিবনা শ্যাম্না
তোল্লবীবু থাদোক্লম্বা হায়য়ূনে'
গোপী নখোয় খিবিক্লা, থিবীরুনে
পুবীরকউনে ইনাক্তা থিন্দনা
য়েংউনে ইতা মথুরা মায়কৈদা
লাকপরা শ্যামগী দলাই ব্রজ তম্না

হিক্ হিক্ কপ্পকলে, ৱাস্থখৱে ৱাধা
মহাভাবময়ী ৱাধানা ছায়খিবা
কৃষ্ণব্ সুংশিবৈ ৱা পুন্বা তাৱবা
উদ্ধবনা উৱে ৱাইগী দশমী দষা।
ভক্তগী মিত্তা' উৱক্লে অত্তুঙৈ
গোলোক্ ধামদা ৱিৱজা তোর্ব্বান্দা
শ্রীদামগী শাপনা ৱাৱবী ৱাধানা
শ্রীকৃষ্ণৈ খুয়া খাদা ৱাম্থখিবা—
মিৎস্না থস্কাল অনিদা পিৱাংন থন্
তনিক্ তনিক্ মত্তেক মতেক্ ৱাহৈনা
উদ্ধব্ প্রবৱ হায়জৱকই ৱাধা য়েংনা
খুরুমজৈ স্তব তৌজৈ শোঙ্জৈ ৱাধা মন্ত্র।
"হে ৱাধে বিনোদিনী
শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী
যুথেশ্বরী অথোইবী
হে মহাভাবময়ী
ৱাসকী রস ৱাসেশ্বরী
বৃন্দাবনগী মবেম্মা
নহাক্কী খুয়া খাদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা

স্তব তৌখিবী নহাক্কী
নহাক্কী রাধা সতি
সত শৃঙ্গদা লৈবীনি,
রাসকী য়ায়দা গোপীলক্তা
ঙাস্থোইরিবী রাসেশ্বরী
ভক্তিনা থন্না থম্মোইদা
নঙ্গী নখুয়া খাদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
বিরজা তোর্ব্বান্দা লৈবী
বৃন্দা সতিস্থ নহাক্কী ;
বৃন্দাবন্দা লেঙদনা লৈবী
শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী
নঙনি সতি কৃষ্ণা
নহাক্কীনে শান্তা
নঙগী নখোঙ থম্বালদা
ভক্তি তৌনা থম্মোইদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
করি অমুক হায়গনি
নহাক্কী দেবী লক্ষ্মী
নহাক্কী দেবী সরস্বতী
নহাক নশামক্কী পদ্মা
নহাক্কা আদ্যা শক্তি
নহাক্কী নরায়নী

নঙ্গী খুয়া থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
জগত্কী মমা দেবী
সাবিত্রী শকলোন্ পুরিবী
মর্ত্তালক্ষীস্থ নহাক্কী
চাওখৎপা পীরিবী নঙ্নি
নঙ্নি দেবী বিষ্ণুমায়া
পূম্নমকসে নহাক্নি
খুরুমজরি নঙ্বু ঐনা।
হে রাধে বিনোদিনী
বুদ্ধিগী মশক ওইবী
হে ত্রিপুরবু মাঙ্হনবী
জ্ঞান পীনবী নহাক্কী
নঙ্ নশামক্কী প্রকৃতি
খুদোং থিবা মাঙ্হনবী
নঙ্নী দেবী দুর্গা সতি
নঙ্গী নখোং থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না
ভক্তি তৌনা ইকোক্ নোম্না।
সত্বগী মশক ওইরবী
গুন্না থল্লবী ফজবী

নঙ্নি দক্ষ কন্যা সতি
অথোইবী লাই নীংবী
চীং নীংথোগী মচানুপী
ঈশ্বরী পার্ব্বতীসু নঙ্নি
নঙ্বু খঙ্নৈ মী পূর্ম্ণা
অপর্ণা গৌরী হায়না
নথুয়াখাদা নোম্মা
খুরুম্জরি ঐহাক্না।
নহাক্কী দেবী নিন্দা
নঙ্নি দয়া মহেশ্বরী
থৌরাংবসু নহাক্কী
অরান্বসু নহাক্কী
করি লৈ নঙ্না ওইদবা;
স্বহাসু নহাক্কী
স্বধাসু নহাক্কী
মঙালগী মশক ওইরিবী
দয়াসু নহাক্কী
নঙ্নি শ্রদ্ধা মুক্তি পীনবী
তুষ্টি পুষ্টি লজ্জা ধৃতি
পুম্নমক নঙ্নি ভগবতী
মহাক্কী চরন খাদা
খুরুম্জরি ঐহাক্না।
পূম্নমক্কী মমা ওইবী

থৌজানবীয়ু বিনোদিনি
নঙ্‌গী নখোং থম্বালদা
খুরুমজরি ঐহাক্না।
হৌগৎলো হে রাধা সতি
অয়েম্বদা য়ারুরনু
চানবীহুনা তাবীয়ু
মনাই ঐগী ইপাওসে।
শ্রীকৃষ্ণগী য়াথংনা
মনাই ওইবা ঐহাক্না
মঙ্গল প্যাউ পুহুনা
থাপ্ল' মথুরা লমদমদৈ
ইবেম্মাগী নকাদা
ননাই উদ্ধব্ লাকচরি
তাবীয়ু ইপাও ননাইগী
খুরুমজরি নখোং থাদা।"

---

* রাধা স্তব অসি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানদগীনি। ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানদা হায়রি "উদ্ধব্‌না থিখিবা "স্তোত্র" অসিবু পারবা হরি মন্দিরদা চংলবা অরা অনা কোক্কনি মরুপ মপাং কায়নরোই মচা লন মুপী ফংগনি মুর্খসু পণ্ডিত "ওইগনি-

# ৮

# মথুরা পূরী দর্শন - কংসবধ

উদ্ধব্কী স্তব তারবদা রাধিকা
জ্ঞান্ লাক্লে, হৌগংলে, ফমজে খুংশৌনা
ৱারবী থম্মোই শোক্লবী রাধিকা
পাউহংজে উদ্ধব্ য়েংনা তপ্না তপ্না।
পিরাংনা চোৎলবী মায়থোং থম্বালনি
তনিক্ তনিক্ মতেক ওইবা ৱাহংনি
"হায়য়ু হায়য়্ মহাশয় নমিং করি ?
হায়য়ূ হায়য়ু করি লমদগী লাকলি
কনানা থারকপনোনে নহাকপু
কনাগী পাউ পুত্থুনা লাকপা নঙ্বু
য়েংবদা কৃষ্ণ মনাই ভক্ত মাল্লিদো
অশেংবা হায়য়ু নহাকপূ কনানো ?"
"অচুম্বনি দেবী ! কৃষ্ণে মনাইনী
ননাই ঐনি, উদ্ধব্ কৌই ইমিংদি
ক্ষেত্রী মচানি, যাদব শাগৈনি ঐ
শ্রীগোবিন্দনা থারকপনি ঐসি
শ্রীকৃষ্ণ মপাউ পূত্থুনা লাকপনি
মথুরাদগী লাকচবনি ঐদি।"
"হায়বীয়ু হায়বীয়ু হে ভক্ত উদ্ধব্

"ব্রারম্ পূম্বা শন্দোক্লা হায়য়ূ শেংনা
কদাইদা লৈবগে, ঐগী থব্রাইগী
মনি কৃষ্ণদো, হায়বীয়ু হে উদ্ধব্
ঐগী থব্রাইগী থব্রাই শ্যাম্ শক্হেনবা
করম হায়না লৈবগে কনাগীদা
হায়য়ূ বলরাম্না হৌজিক কৈদা লৈ ?
অক্রুরনা দলাই থৌরকপা মতমদা"
খামজখিদো গোপী ঐথোয় খিবিক্না
দলাই চাকা শম্না য়েংং লৈবাক্তা ওন্া
লেঙ্থি'নু মাধব হন্না হন্না খামজখি
ইবুঙেনা হয়রম্মী "রাগন্নু রাধে
কংস নিংথৌ মমং ইবুঙোগী
ধনুর্যজ্ঞ য়াওরুখিগে রাধে"
হায়বীরম্মী "নঙ্বু থাদোকলোই রাধে
খঙ্লে কৃষ্ণ অমুক লাক্লরোই ব্রজদা
ফঙ্লরোই মাই মায়থোং থাজ উজবা
মায়থোং লৈদা লুক্ হিক্ল হিক্ল কপলে
গোপীপূম্বা কপ্লকলে লোয়ননা রাই।
"হা কৃষ্ণ কদাইদা লৈবগে নঙ্বু
মপোক্কসিগী উবা ফংলরোইদ্রা নঙ্বু।"
মথুং অনি লোন্নে হঙ্গচ্চে উদ্ধব্
"তাবিয়ু তাবিয়ু, রাই বিনোদিনী

শ্রীকৃষ্ণগী থবায়দগী হেন্নবী
তাবিয়ু ননাই উদ্ধবকী পাউ অসি
"কৃষ্ণ বলরাম,যাদবগী মরানয়াই
লৈরি মথুরা কোন্নুংদা মুঙাইনা।
মঙ্গল পাউসি তম্নবা, ইবুঙোনা
থারক্লি উদ্ধব্ ঐবু বৃন্দাবন্দা।"
উদ্ধব্ মপাউ তাবদা হংজে ললিতা
"হায়বীয়ু, তম্বীয়ু ভক্ত অথোইবা
শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়ননা
মথুরাদা করি কবি তৌখিবা
তম্বীয়ুনে মিৎনা উবা অদুতা
তাজগে ঐখোয় ঙাইজরি লাঙ্তক্লনা
উদ্ধব্ য়েংনা হায়জরকই বিশাখা
"ঐখোইবু হুন্দোক্লমলে ইবুঙোনা
লেঙ্খ্রে অক্রুরগী দলাই তোংলদুনা
য়াখিদ্রে গোপী ঐখোয়না থামজবা
শাগৈ মচা মশু অমা লৈত্রবা
মচাগী প্রেম মশুগী প্রেম খঙদ্রবা
অক্রুর হায়বদুনা পুবচেল ফত্রবা
য়াবিথিদরে ঐখোয়না হায়জবা
লৈজহৌরে ঐখোয়না কপ্পা কপ্পা
তানিঙ্বনা লাঙ্তক্লরে থম্মোইদা

তম্বীয়ূ উদ্ধব্ কংসে ধনুর্যজ্ঞদা
করম লাকখি, করি তৌখি মাধবনা।"
গোপীশিংগী রা তারবদা উদ্ধব্
হঙ্গচ্চে ব্রজগোপীশিং মকাদা
"তাবিয়ু তাবিয়ূ রাই বিনোদীনী
তাবীয়ূ হে গোপী পূম্বা ব্রজগী
কংস নিংথৌ য়াথং ইন্না অক্রূরনা
রাম কৃষ্ণ পূরল্লুনা থিন্দনা
দলাই থোরকলে বৃন্দাবনদগী
য়ৌরকলে মথুরা নগর মপূংয়াই।
অয়ুক্তগী মথুরাবাসি' পূম্বা
লেপ্পল্লুনা সরক্ কাগুপ্ থন্না
লীক্লেং লৈরেংবগুম লেংলহুনা
ঙাইরম্মী মবুঙো দর্শন তৌনবা।
নাস্না কৃষ্ণ পূতনাবু হাৎখিবা
নোংলৈ শক্রম তৃনাবর্ত্ত মাঙহনবা
যমলার্জ্জন উজাও অনি থুদেকখিবা
বকাসুর কেশী প্রলম্বা হাৎখিবা
হুপুর' কালীয় লিনবু তাম্থোকপা
কংস মনাই ধেনু কাসুর হাৎখিবা
থুদোন্ন' গোর্বর্দ্ধনবু থাঙ্গক্তুনা
ব্রজগী মী পূম্নমকপু কনখিবা

লাইনিংথৌ সোয়ারেন মায়থী' পিখিবা
গোপী থম্মোই শুম্মাংপা বাসি পায়বা
কংসগী য়েক্লবা কংসনা কিবা
কৃষ্ণ লেঙ্‌শিল্লকই মথুরা তম্না।
কামব্‌ ঙমজ' মরোল অহুম শুম্মাংপা
থা কোটি ঙমজা' মায়থোং থা উজবা
মথুরাদা পোক্লী' লৈরি অপূম্বা
ধনানি, পোকপগী মহৈয় য়াঙ্গরে
ভক্ত ওইবা কয়াদি হরাওজরে।
খন্নখি মীয়াম' করি থোক্লগবা,
কংস নিংথৌরেনদি মরৌ চাওরবা
অথোইবনি পাপীশিংগী মরক্তা
খঙ্‌দ্রে, খঙ্‌দরে করি থোক্লগবা
হিংখিদ্রনে মচিন মনাও অনিসি?
সাধু ওইবা কয়াদি হরাওজরি
থীল্লরোই পাপীখিবিক লানবীরনি।
লোইরবনি যুগ পাপী কংসগী।
নগর য়েংন য়েংন লাক্লি রাম কৃষ্ণ
অক্রুরনা থৌরি দলাই তপ্না তপ্না
পুক্লিং হুন ফজৈ মথুরা পুরী
অন্নাংপা লৈত্রবা কংসগী নগরনি
মিংফম হোংবা য়াদে য়েংখি মায়কৈদা

ফুরা দলান্ মনি মুক্তা থাম্লবা
হিরা মনি রত্নগী চক্ষু কয়া
শীংথা ঙমদে ফুরা থক্তা লৈতেংবা
পরেং পরেং সনাগী য়ুম্বী কয়া
সনানা ঈংগ্রি শিংল' লম্বীথক্তা
য়েংলু য়েংলু' মিংফম হোংবা য়াদবা
হায়বীয়ু লৈরমগনি কল্লিলমদা
মথুরা পূরীগুম নীংথি ফজবা।
অঙাঙ্ অপক্ অশং, ফিরান কয়া পাইরি
মন্দির মতোন থুদীংমক্তা নগরগী
মরক মরক হৈকোন লৈকোন ফজবা
মরাক ময়ুং মায়' ময়ুংনা ঙম্বা
কোইরপ কোয়বা পুখ্রি সরোবর কয়া
লুরবা লাইজনা থন্‌বা কয়ানি
থরো থম্বাল থন্ন শাংল' কয়ানি
মফম চান হৈকোন লৈকোন মরক্তা
পূক্নীং হুনা ফজরি নীংথিজরি
মতিক চাউবা কংসনা চাউনা ফম্না
পাল্লিবা মথুরা নগর মপুংয়াই
চঙ্‌লক্লি রাম কৃষ্ণ নিঙায়দনা
চিংনদনা, অকি অথং লৈতনা।

মথুরা কোন্নুং নক্‌শিল্লক্লবদা
শ্রীকৃষ্ণনা উথি লম্বী ময়ায়দা
কুবজা লৈরাংবী হন্নুবী নম্বোনবী
ময়াঙ্‌ কংলবী, খুইরবী, থীরবী
হুত্তা চৈশু পায় চংলি রানা তপ্না,
সনাই পাত্রদা লৈ-চন্দন্‌ পুহুনা
কংস নিংথৌ কোন্নুং তম্না তপ্না তপ্না
শোঞ্জরি মথন্তা মুরুম্‌ মুরুম্‌
"কদাইদনো মাধব থরাইগী মবুঙো
কৈদা লৈবগে নঙ্‌বু প্রান্‌ কৃষ্ণ।"
উরুরে মাধব ইখঙ্‌ খঙ্‌হৌদনা,
মদনবু ঙমজবা মায়থোং উবদা
শুম্মাংঙ্গ্রে কুবজা য়েংজৈ মিং পেন্না
খুরুমজখি ভক্তিগা লোয়ননা
য়েংনা য়েংনা চঙ্‌শিল্লক্লে ইবুঙো নাক্তা
হুক্লরে লৈগী পরেং শ্যাম্‌গী ঙক্তা
তৈরুরে চন্দন্‌ শ্যাম্‌গী মশা মক্তা
য়েং ওইননা হন্না হন্না কোয়হুনা
চন্দন্‌ থৌগন্‌ তৌজৈ খুরুম্‌জৈ হন্না
পেনবীরবা ভগবান্না য়েংলক্লে
মনাক তান্না ইবুঙো লেঙ্‌শিল্লক্লে
মাংবক্কী থুং' নিনা কুবজা চুবা পায়

শ্রীচরন্না কুহজা খোঙ্দা নেৎ
খঙ্জীং চিংখৎপী কোন্খৎপী মাধবনা,
মবুঙো থৌজান্ ফংলবী লাইবক্ ফবী
শকথীবী নম্বোন্বী ওইখরে ফজবী
হন্নুবী খুইরবী ওইখরে নৌরবী
মুনা ৱাউরবা কুচুদো মাঙ্খরে
ফুদোংল' সনাগী কুচু ওইখরে।
ঙক্না ফজরবী থম্বাল্ মিত্তানা
য়েংজখি মিৎচি ফল্লপ্ ফল্লপ্ কৃষ্ণদা
হায়জখি নুংশি লোথর খোঞ্জেলনা
"ননাইবু চানবীয়ু হে দয়াময়"
মাধবনা হায়খি "থুংজো নঙ্না নীংবা।"
ফংলবদা মবুঙোগী থৌজাল
ময়ূম্ মায়কৈ পাংখরে কুবজা।
শ্রীকৃষ্ণনা বলরাম্গা লোয়ননা
কংস নিংথৌ কোম্নুং য়ৌরকলবদা
দলাইদগী কুমথরে মচিন্ মনাও
তোয়না হংই "যজ্ঞশালা কৈদনো?"
চাওকান্ চাওকান্ লাবা খোঙ্কাপ তোয়রক্লে
যজ্ঞশালা তম্থুনা লেঙ্শিল্লক্লে।
লম্বী য়াইদা ভগবান্না উখিদো
ফন্না চৎলি পোঙ্লবা ধোবী অমা

নিংথৌগী ধোবীনি নাপন্ চাউরবা
চৎলি কংস নিংথৌ সঙ্গাই তন্না
পূরতুনা ফিরোন্ কয়া ফজরবা
নাপল্‌না ময়াই কারি মবুক্‌নুংদা
মাবু কৌখি হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা
নোল্লুক্‌পা ব্রাহৈনা নিখি ফি অমা
"তারো হে নিংথৌগী ধোবী পুক্‌ফবা
ঐসে ব্রজগী গোপাল্‌নি লায়রবা
য়েংবদা ফজেনে নঙ্গী ফিশিংসে
ফি অমত্তংদি পীনৌও ঐঙোন্দা
লেন্নরুগেনে ইমান্নবশিংদা।"
কৃষ্ণ ব্রা মনানা তাদে ধোবীনা
হায়রকই অথি ব্রাহৈ নাপল্ তৌনা
"গোপীগী চান্নবা! পঙ্‌খ্রেদা নঙ্‌সে
ফিশিংসে—মতিক্ চাদে নঙ্‌না শেৎপা
নঙ্‌গুম্বা যন্‌শেনবনা শেৎন' নত্তে;
যন্‌শেন্নহা চংলু যন্‌তুন শেল্লুচো
ফিবু নিংথৌ নিংথৌ মচানা শেৎনবা
যনশেন্নহা নঙ্‌না করম্ পাম্‌লিবা!"
"হায়বীগনু হে ধোবী পূক্‌ফবা
ফি অমা পীতুনা ওইয়ু লাইবক্‌ফবা
ঐঙোন্দা পীবনা ওইনি, নীংথুংজবা,

নিংথৌরেনগী খোবীনি নঙ্দি ৱাত্তবা
পীনৌ ত্মত্তা ফিসে ফজবা
হায়রুগে পীরক্পনি পূক্ফবনা
য়েংহল্লুগে, লেন্নরুগে মখোয়দা।”
“গোপীগী চান্নবা! ওক্ত’ মিৎয়াম্বা
নমায় পান্দেকো নঙ্সে লমহেন্বা
ইকাই খঙ্দেকো নঙ্সে লমকেৎপা,
ৱারক্পীন’ লৈতবা লমকেৎ লম্নহায় লৈফম্
লৈরুচো নিংথৌ পান্দ’ বৃন্দান্দা
মাঙ্হল্লুচো গোপগী নুপী পূম্বা।
নঙ্সে নুপীদা য়াম্না ওক্তবনি
মীগী নুপীদা কারাম্ চাওবা নঙ্নি
কংসে কোন্নুংদা’ নঙ্বু কনা’ কিবিনি।
ঐখোইগী কংস নিংথৌ অকন্বনি
দণ্ডি পীঙম্বনি ফত্ত’ মী পূম্বা
শোয়দনা ফংনি দণ্ডি মতিক্ চাবা।
চেঞ্জহৌরো নথরাই পুন্থনা থুনা
লোৎচরুচো নঙ্না পাজবী নম্বোন্বী
কুবজা হনুবী লৈরাংবী য়ূমদা।”
খোবীগী য়াক্ল’ মীচৈ তারবদা
ৱাঙাঙ্দা মোমোন্ নোক্লা শ্রীকৃষ্ণ
চঙ্শিল্লকুলে খোবী নাক্তা থিন্দনা

থাখি ধোবীগী মায়্দা খুপাক্লা শেং
খুংথা'মদা ধোবী যম্ লৈবাক্ পাংখরে।
তাবীয়্ হে ব্রজগী গোপী খিবিক্
তাবীয়্ রাধে ননাইনা তম্জবা
নবুঙো হরি শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা
ময়াম্নুং বলরাম্গা লোয়ননা
চাওকান্ চাওকান্ কান্দুনা থুনা য়াঙ্না
চঙ্শিন্খ্রে কংসে যজ্ঞশালা নুংদা
যজ্ঞ ঙাক্পা কংসে মনাই পাঙ্গন্বা
লীরুং শঙ্বা অকল্ অথৌ তম্থিবা
খুদক্তা হাংলে রাম কৃষ্ণ অনিনা
তাংথক্ নাইদ লেঙ্শিল্লক্লে লীরুংনাক্তা
শঙ্কর মহাদেবগী হরধনু
মথুরা মপূনা পূজা তৌরিবা
মশক্ য়েংবদা মিপাইবা পোক্লবা
লীরুংদো মনাক্ নক্পা ঙম্নদবা
থাঙ্গৎপদি হায়্রুন্নু মীওইবনা
লেঙ্ঙম্দবা পৃথিবীগী অকন্' কনানা
কংসগী যজ্ঞ শালাদা থম্লিবা
চাউরবা লীরুং থাঙ্গৎলে খুৎ ওইনা
অহাঙ্বদা লীরী হাপ্লগা য়েংনা
লীরী খিঙ্লকলে ঠং ঠং শ্রীহরিনা

লিংলবা লীরুংগী লীরী খিঙ্বদা
মথুরা সহর নীক্পা হৌ মিপাইনৈ ;
কংস নিংথৌ মিপাইদো, কৈদনো;
কদায়দনো, হংবনি করিনো ?
তৌনীংবতা তৌঙম্বা, থিংঙমদ্রবা
ইবুঙো হরি শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা
হন্না হন্না লীরুং লীরী খিঙ্দুনা
থুদেক্লে হরগী লীরুং চাউরবা
লিংলবা লীরুং তেক্পগী মখোল্না
পাক্লবা মথুরা নগর থক্ থক্ নিক্
ফুরা কয়া দলান্ কয়া কিন্থেদো
সিংহাসন্দগী ওন্থে কংস নিংথৌ
য়ৈশিন্থি মনা পাপী তাপী খিবিক্
লীরুং ঙাক্পা পাপী কংসৈ চোর কয়া
কৃষ্ণ বলরাম্ অনিগী মথুক্তা
প্রান্ থব্রাই থাদুনা বৈকুন্থ তম্না
মাসঙ্ খোঙ্দোই হুন্থিদো থুনা য়াঙ্না
পাপী কয়া'মা, মায়কৈ তরা ফাংহুনা
চেন্থিদো মিহুন্ চেন্‌গুম চেন্‌গানা ;
ভক্ত ওইবা পুন্য চেন্বা মখোয়্না
ফংঙমদ্র মবুঙো দর্শন্ ফংদুনা
শাখি হয়াও জগোই যজ্ঞ শঙ্ নিন্না ,

খঙ্‌জখিদো পাপ্‌কী রাজ্য লোইরক্লে
উজখিদো কংস মমি ছাম্‌লক্‌লে
খঙ্‌জখি লেঙ্‌থবিরক্লে ভগবান্‌
কোক্লনি মালেম্‌গী লূম্বা খিন্দনা।
তাবায়ু হে গোপী নখোয়্‌ খিবিক্‌না
তাবীয়ূ রাধে উদ্ধব্‌না তম্‌জবা
ইবুঙোনা মথুরাদা তৌখিবা,
যজ্ঞ থুগাইরে যজ্ঞ শঙ্‌ থুদে*্লে
হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা লেঙ্‌থোরক্‌লে
ময়াম্বুং দাউজী লোয়ননা লেপ্তুনা
মীথুংশঙ্‌ মায়কৈ পাংলক্‌লে অনিমক্‌
হুমিদাংবাইরম্‌ তাঙ্গানি পুমচীক্‌ চীক্‌খ্রে
নগরগী লম্বী পূম্বা মী চংখিদ্রে,
যজ্ঞ শঙ্‌গী পাউ, হরিনা তৌখিবা
লম্মৈগুম্‌ শন্দোক্‌খি মায়কৈ পূম্বা
চেকশিন্‌ থৌরাং লৌখৎখি কংস নিংথৌ
রাতানখি, লৌখৎখি লমনশিংন' থৌ
লাওথোক্‌খি শগোল্‌ পাউজেন্‌—"হয়েং অমুক্‌
মল্ল থেংন কুম্মৈনি রঙ্গ মঞ্চদা
মথুরা প্রজা অপূম্বা তিন্‌দৌনি।
শোয়ফদে, শোয়ফদে নিংথৌগী য়াথংনি"

মথংগী নুমিৎ অঙনবা অয়ূক্তে
মথুরা প্রজা পুম্বা নিংথৌ য়াথংদৈ
চংলি মরী মরী রঙ্গ মঞ্চ তম্না;
থিন্দনা রঙ্গ মঞ্চ চোল্লে মীনা।
য়ৈরি, থোংলি, করতাল, কংসি মোইবুং বিনা
ধাক ধোল দূন্দুভি দমরু য়ৈদূনা
তৌদ্রি বাসি পেরে সিঙ্গা খোংদুনা
অকল্ অথৌ থৌগল্ লাঙ্গল্ লোয়ননা
মথুরা মপূ কংস নিংথৌ পাঙ্গনবা
কোয়শিন্দুনা মল্লশিংনা কনথৌরবা
লেঙথোরক্লে রঙ্গ মঞ্চ তমদুনা
সভা য়ায়দা ব্রাংল' মঞ্চ শেমদুনা
মঞ্চথক্তা লৈখি কংস খুংলাই পায়না
শেম্ শানা লৈখি থোক্লদৌ ঙাইদুনা
খুংলাই পায়বা লাণ্মীনা পল্লোন্ নাইনা
নিংথৌগী কল্ল মল্ল লাণ্মীশিংনা
নিংথৌবু ঙাক্লি পল্লোন্ পল্লোন্ কোয়না
মাঙদা খিল্লি চোঙ্ শেকপীন্ কয়ানা
তুংদা খাল্লি স্বর্নপ্পা পে মনাই 'মনা
কাঙহায় চামর্ থৌগল্লি অচান্‌বনা
নাকন্দা থৌগল্ হকচাং শেন্‌বা পাঙ্গনবা

লৈরি মিকুপ্‌ নাছুম্‌শিংনা অপূম্বা ।
চেক্‌শিল্লা ঙাক্লি কংসৈ রঙ্গ মঞ্চ
শামুরক্তা অথোইবা কুবলয়
ঙাক্লী সনথোং, ঙাক্লি মথুরা নিংথৌ
মমাঙগী অহিংদা মথুরা মপু
মঙ গেম্নখি কংস ফত্তবা মঙ্‌না,
মঙদা উথি-হুমিৎ থানা লৈমায়দা
থীর' শক্তম্‌ চৎলি কাতু কারল্‌ মাঙ্‌দা
গাধা থোংই, হুই লম্‌হুই যন্‌ ক্বাক কপই
উৎ মপৈ, অকংবা শীং, শক্ত উই
যত্তবা মঙ্‌ অমঙ্গল্‌নি, খঙ্‌হুনা
বানীশিংনা কপ্‌চখি হিক্ক - হিক্কা
ব্রাহ্মন্‌ কৌহুনা স্বস্তি বাচন্‌ তৌখি
কংসৈ মঙ্গল্‌গীদমক যজ্ঞ' তৌখি
অতুবু থোক্লরে অমঙ্গল মথং মথং —
থোক্লক্লি থংন থংন মথং মথং —
থোঙ্গেল্‌ তাবদা হরধনু তেক্‌পগী
ওন্থখি কংস নিংথৌ সিংহাসনদগী
মিপাইর' কংস লৈখি-শেম-শাহুনা
অস্তিপ্রাপ্তী শোন্‌খি শিব-নাম ।
অকন্‌বা নিংথৌ য়াথংনি অরোন্‌বা
"থাক্‌লোইদবনি অফংবা উপায়্‌ পুম্বা

হাংননবা নিংথৌগী য়েরুবা কৃষ্ণ
থিংগদৌনি রাম্ কৃষ্ণ থেংখাঙ্ থেংখাঙ্
নৈহৎতৌনি —কল্ল' চাউর' শামুনা
মল্ল শান্নবা ওইনা কল্লব মল্লনা
হাংকদবনি রাম্ কৃষ্ণ পূন্না"।
অঙন্বদা হৌগৎলে রাম্ কৃষ্ণ
ফিজেৎ নৈতেং লোইরগা, হরাও-তয়াম্
খোঙ্শাল্লক্লে কংসৈ রঙ্গ মঞ্চ তম্না।
তাংথক্ নাইদনা লাক্লিবা রাম কৃষ্ণ
য়ৌরক্লে কংসৈ রঙ্গ মঞ্চ স্নথোং।
স্নথোং থিংলি কুবলয় শামুনা
কল্ল' চাউর' শানি য়ান্না শাথিবা
মাহুত্ কৌহ্না হায়্খি শ্রীকৃষ্ণনা
"তাউ নিংথৌগী মনাই শামুগী মাহুত্
ঐখোয়্ চঙ্গে মঞ্চদা থৈদোকউ শামু"।
কৃষ্ণগী ৱা মনানা তাদে মাহুত্
ফন্না ঙংনা হায়রকই কৃষ্ণ য়েংনা-
"করম্ চঙ্নি নিংথৌ য়াথং নত্তনা"
হায়্য়ু 'ঙোন্দ' নখোয়্ কনা কনানো?"
মাহুত য়েংনা হায়রকই ইবুঙোনা -
"নিংথৌরেন্গী মনাক্নি রাম কৃষ্ণ
মামা ইবুঙোনা কৌহ্না লাক্লি

## উদ্ধব্ কী পাউ

ঐখোয় অনি, থাপ্লবা গোকুলদগী:
শামু অসি থৈদোকউ - লম্বী থারো
যীল্লে ঐখোয় চঙলগে মামৈ নাক্তা
ঐখোয়গী লম্বী থিংলবা নহাক্না
নঙগা শামুগা য়ৌগনি যমালয়।"
শাউবনা মমিং ঈ, কারবা মাহুত্
কৃষ্ণ য়েংনা লাউরক্ই য়াক্ল খোল্না
"নহাক ওইরে কৃষ্ণ লমকেৎ লমহাইবা
গোপীগী মরুপ্পী, কংসৈ য়েক্লবা
নঙ্বু হাৎল' ঙাক্লগে সনা য়াথং।"
শামু কাতি থাত্না থৌজিন্নক্ই
কুবলয় কৃষ্ণ তুন্না নেৎখাইহনগে—
মনাতোন্ থাঙ্গেত্তুনা খেক্লা ঙংনা
কৃষ্ণ তম্না চোংশিল্লি চাওর শামু।
শামু ময়াদা পায়্‌হুনা হরিনা
খুত্তুম্না থাই মনাকোংগা পান্নবা
শাওরবা শামু নেৎথন্নকই মথোঙ্না,
শামু মথাদা চেনশিন্খি হরিনা
অরেম্পদা কাওখি লৈবাক্তা কন্না।
কৃষ্ণ উদ্রবদা শামু কোয়য়েং য়েংলি
খেক্লা খেক্লা ঙংনা খোংনা থিরি
কদায়্‌দা লৈত্রে লৌনমচাওর' য়েক্লবা

অমুক্‌ লেপ্লরে হরি শামু মাঙ্‌দা
যেক্ল' ফার' খোঙ্‌দা হাইহৎ হাৎকে থন্না
লাম্‌লি হরি কুবলয় নাত্তোম্না -
খুৎলৈ থুর' শ্রীকৃষ্ণ শামু নাত্তোল্‌
তাপ্‌ ফা, থংজিং চিংই শাক্‌ কম্না,
তুৰকলে শামু উপ্‌থুননা মাঙ্‌দা
কিব' শামু খোংই অকি' খোঙ্গেলনা—
শামু থক্তগী ওন্থরকলে, মাহুত্‌
থাঙ্‌ শৎল হোৎচিল্লক্‌ই কৃষ্ণ তন্না
হরিনা কাওখি খোঙ্‌পাক্লা লৌথি মথৱাই;
শান্নপোৎ শামু শান্নগুম অঙাংনা
ঙাইহাক্তং শান্নৱগা শ্রীকৃষ্ণনা
কুবলযগী উপথুননা তুৰিবা
ময়া মরি খুৎ অনিনা তাপ্‌ পায়্‌
শামুগী লাইবক্তা খোঙ্‌না কাওহুনা
ঈথেংগা লোয়ননা শৎলে ময়া মরী;
শৎলবা ময়া খুৎনা পায়্‌ শ্রীহরি
থাখি শামূগী লেম্ফ্‌দা "তুন্‌তম্‌"
অমুক্তং থাবদা শামু লেম্ফ্‌ কায়্‌
অকি খোঙ্গেল্‌ লোয়ননা শামু থৱাই থায়্‌
ঈঙাং পাক্তক্লা কুবলয় হাৎখরে
কংস নিংথৌ থম্মোই তানিক্‌ তানিক্লে ।

রাম-কৃষ্ণ চঙ্শিল্লকুলে কাঙ্জৈবুংদা ।
কংসগী য়াথংনা কল্ল' মল্ চান্নুর
হায়রক্ই কৃষ্ণ বলরাম্ য়েংহ্না —
" তাও হে কৃষ্ণ বলরাম্ নখোয়্ অনি
নিংথৌনা মল্ য়েংনীংই নখোয়্গী;
নখোয়্ যন্শেন্নহাশিং মল্ শান্নৈ তায়
লৈবাক্ নিংথৌগী য়াথং ইনবা তাই
ঙসিদি, ঐখোয়গা মল্ল থেংনসি
থোরক্উ রঙ্গ মঙ্কদা নখোয়্ অনি" ।
চান্নুর মরা তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা
মোমোন্ নোক্লা হায়রক্ই মল্ য়েংহ্না
" ভোজ নিংথৌ মনাইও, জঙ্গল্দা লৈবা
নখোয়্গী নথৌবি নিংথৌবু পেলহন্বা
ঐখোয়্দি অঙাংনি—নখোয়্ কল্লবা
মল্গা করম্না পাগনি লাম্বা ?
চহি মাম্ন মাম্ন' পাঙ্গল্ মাম্নবা
মতিক চায়্ খল্লি লাম্বা পানবা ;
নঙ্গুম্বা কল্ল' মল্গা লাম্বা পাবা
ধর্ম্ম থোক্কে ভাবক্না য়ারোইদা" ।
কৃষ্ণে রা তাবদা হায়রক্ই চান্নুর —
" তাও হে কৃষ্ণ ! নঙ্বু খঙ্ই ঐখোয়্না
নঙ্সে অঙাংসু নত্তে অহল্সু নত্তে

নঙ্গা নয়াম্বা বলরাম্ নখোয়্নিমক্
লৈরিবনি মীগী থম্মোই খুদিংমক' ।
শামু খুদীং মায়থীবা পীবা ওম্বা
কুবলয় শামু শাথীনা কল্লবা
নঙ্না হাৎলেদো অঙকপা মওংদা
খঙ্লে নপাঙ্গল্ নথৌনা উবদা
হেন্না কল্ল' মল্শিং ওমনি থেংনবা
থেংনসি মল্ নহাক্না ঐহাক্না „
নয়াম্বা রাম থেংনসন্নু মুস্তিক্কা ।
কৃষ্ণ বলরাম্না চন্নুর মুস্তিক্কা
থেংনরে মল্ কন্না রঙ্গ মঞ্চদা ;
লাম্বা চাদে ওাঙ্নৈ ভাবক্না তোয়্না
রাম্ কৃষ্ণ অঙাংনি,হায়্নৈ মখোয়্না
মুংশা থীনৈ, কিনৈ মখোয় অপূন্বা
মুংশা থীরক্লবদা ভাবক্ পূম্বা
থরাই ৱারক্লবদা গোপ পূন্বা
অমুক থীম্বা তৌদ্রে রাম কৃষ্ণ
নম্থীনা কল্ল' চান্নুর মল্ থবাক্লী
থারক্ই শ্রীকৃষ্ণ কল্ল খুত্তুম্না;
লৈবাক্তা তুরে চান্নুর ঈখেংনা
কৃষ্ণে খুত্তা মথ্বাই হারে থীদনা ।

খায়া হাৎখ্রে মুস্তিক্‌ তরাই তরাইনা ।
কংস নিংথৌ য়াথংনা মল্‌ পুম্বা
শাউদুনা হোৎচিংক্‌লে কৃষ্ণ তম্না
হৌরক্‌লে অকন্‌বা অকিবা লাঙ্গাও অনা;
অমগী মথংদা অমা মল্‌ পুম্বা
প্রোন থরাই মাঙ্‌লক্‌লে রাম কৃষ্ণ মথুরা—
তোৎচিল্লক্‌ই কল্ল' কুট মল্‌ মাঙ্‌জিন্‌থা
অকন্‌বা লান্‌ পাখি বলরামগা
রাম্না খুত্তুম্না থাই, কুট্‌ থরাই থায় ।
শল্ল কৌবা থীগ্রবা অকন্‌বা মল্‌
হোৎচিল্লকলে হরি কৃষ্ণ তম্‌দুনা
হরিনা খোঙ্‌পাক্লা কাও' হাৎলি শল্ল
হোৎচিল্লক্‌ই লান্দা হৈশিংল' তোষল—
মখোঙ্‌ অনি তাপ্‌ পায়্‌ লংখি কৃষ্ণনা
মল্‌দো তোষল কৌবা কংস মঙ্গ তম্না ।
মথুরাদা লৈবা মল্‌ মকোক্‌ পুম্বা
মথরাই থাগ্রে ঙম্না রাম্‌-কৃষ্ণ খুত্তা
অঙাং অনি লাম্বা কনা লৈগ্রে
লেম্‌হৌরিবা মল্‌পুম্বা কায়্‌দুনা চেনগ্রে—
শামু শাজৎতা রাম্‌-কৃষ্ণ নুঙাইনা
চঙ্‌লক্‌লি কংস নিংথৌ নঙ্গ তম্না—

শাউরবা কংস য়াথংলক্ ই ঙংনা
লাউরক্ই থাঙ্থুমদৈ থাঙ্ শংনা শংনা
" লাম্মী পূম্বা চোংশিল্লু - হাংলু রাম্ কৃষ্ণ
পুল্লু হাংলু গোপ নন্দ যশোদা
থাথ্রো যমালয়দা উগ্রসেন্ নিংথৌ
অমুক্ থমলনু দৈবকী বসুদেব " ।
তারবদা কংস য়াথং লাউরক্পা
হোংচিন্থ্রে কংসৈ লাম্মী মরক্ ফাওনা
চোংথংথ্রে কৃষ্ণ কংসৈ মঞ্চ থক্তা ।
থা কোটি ঙমজ' কৃষ্ণ মায়থোং উবা
শুক্মংলি মুপী নহা অহল্ পূম্বা ।
থুংশু থাঙ্লেন্ পায় মায়কৈশুনা য়েংলিবা
কংসনা উরি কৃষ্ণ মাগী যম্ ওইবা
নিঙাইদনা চঙ্শিল্লক্লি কংস্ তম্না
কংসনা উখি কৃষ্ণগী কৃষ্ণতমা;
য়েংলু মায়কৈ পূম্বা থল্লে কৃষ্ণতনা
কৃষ্ণনি খন্না শুন্দা য়াল্লি থাঙ্না
মিংন - কুপ্পদা হরি কৃষ্ণ চন্দ্রনা
মঞ্চদগী চিংথখরে কংসদো
মীয়াম্ মাঙ্দা হাংখরে মথুরা নিংথৌ ।
কংসৈ' অশিবা মশা মথোঙ্ পায়না
কৃষ্ণনা চিংই রঙ্গ মঞ্চ থুংনা

খঙ্লে মথুরা প্রজা - শিরে কংস ।
কৃষ্ণ তম্না হোৎচিন্নকৃপা লাণ্মী পুম্বা
লুচিংলকৃপা কংসৈ মনাও নিপান্ য়াওনা
ওম্না হাৎথরে দাউজী বলরাম্না
লেম্হৌবা পাপী চঙ্জরে মঙোন্দা
মথুরা প্রজা খুরুমজৈ কৃষ্ণদা ।
লানওয়বা বলাই কাহ্নাই অনিনা
উগ্রসেন্দা শিন্নরে মথুরা ।
লেঙ্থোরক্লে কংসৈ কারাগার তম্না
শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোয়নননা
চঙ্শিন্খরে কংসৈ কৈশুমশঙ্মুংদা
থাদোক্লুরে য়োৎহ্লীং ফলাং থদত্তুনা
মমা ইবেম্মা দৈবকী লোয়্ননা
মপা ইবুঙো বসুদেব অনিমক্
খুরুমজরে মপা মমা অনিমক্ ।
থোরক্লে থিন্দনা কৈশুম্শঙ্দগী
থেম্জিল্লম্লে কপ্লিবী অস্তি প্রাপ্তী
কংসগী তালোই—মথুরাগী রানী ।
লেঙ্থোরক্লে মচিন্ মনাও থিন্দনা
উনগে হায়না মথুরা বাসিপুম্বা
মবুঙো দর্শনগীদমক লাক্লিবা ।
কংসগী কৈশুম্ শঙ্গী মাঙ্মক্তদা

লম্বীয়ায়্দা উরক্লে শ্রীকৃষ্ণনা
মীয়াম্ মাঙ্জিন্ থারক্পী ফজরবী
লৈরাংবী কুবজা সতি শক্হেন্বী ।
কৃষ্ণতবু নীংজবনা ভক্তি লৈনা
মন্নুং মপাল্ কৃষ্ণ মক্তা উজবী
কুবজা শক্হেন্বী কোন্নুংগী লৈরাংবী
পুরহুনা লৈগী পরেং লাক্চখি
স্না কোন্নুং তম্না নুমিদাংবাইরম্দা ।
নুমিদাংবাইরম্ নুমিৎকী মেঙ্ল' মঙাল্দা
ফুদোংলবা স্নাগুম্বে কুচুনি
লাইবক্তা সিন্দুরগী বিন্দু নম্লবী
ওক্শম্দা মনিগী পরেং শিরিবী
খোঙ্দা নোপুরগী নুংশির খোঞ্জেলনি
স্নাগী খাংগোই রত্নগী পাম্বোম্ ফাবী
নাদা হিরাগী কুন্দোনাইন্ ফজবী -
লূরবা ফজর' ফিজোন্ শেংলবী
তয়াল্গুম্ ঙাঙ্ল' লেক্-লেক্ লাউবী চিম্বান্
শরতকী থাগুম্ ফজরবা মায়থোং
ওক্লা ফজরবী থম্বাল্ মিত্তা
পুক্নীং হুরবা কফোইগুম্বী য়াতা
হাইফেৎ হাইনোক্তা নুপা কয়া রাম্ববী
মতুম্ তারবী থাবোম্ চাউরবী নীংহু

নাল্লবী লফু নেত্রা মাল্লবী ফৈরু
ফিত্থুপ্ অহুম্ থোক্পী পুক্কা কুৎলʼ থোয়্দো
শান্ন খোৎনবদা য়াম্না হৈশিংল্বী
অৱাংপা লৈতনা ফজবী কুবজা
শ্রীকৃষ্ণদা খুরুমজে ভক্তি তৌনা
মাগী খুত্তগী লৈপৱেং অপূর্বা
হুক্চখি ভগবান্ কৃষ্ণ ঙক্শমদা
য়েংজখি মিৎচিনা ফল্লপ্ ফল্লপ্ কৃষ্ণদা
হায়জখি হুংশি লোথৱবা থোঞ্জেল্না
" ননাইবু চান্বীয়ু হে দয়াময়,
চান্বীয়ু চান্বীয়ু হে থৌজাল্ মপু
অহিং অমত্তং ওইৱবস্তু ননাইবু
চান্বীয়ু থম্মোইগী হুংশিথোইৱবা "
কোকহন্বীয়ু নুজাগী থম্মোই মৈচাক্
দয়াময় কৃষ্ণনা পেন্বীৱে চান্বীৱে
কোন্খৎপীরʼ মাবু নাপ্চিক্না হায়খি
" মিত্তা ফজবী নঙ্গী মৈচাক্না চাক্লে
হোৌগৎলো নীংথিবী কৃষ্ণবু চান্বীৱো
উৎপীৱে ইঙ্গিতনা ফংগনি সেবা" ।
মবুঙো থৌজাল ফংল্বী কুবজা
ফিজি ফিনা লোইশিন্ চৎলক্লে
কায়্দ কায়্দ, ভাব্না থন্ মোমোন্ নোক্না

অপাম্‌ মুংশি ইরাং ঈনোৎ কারবী
কুবজা নীংথিবী মাগী তুংইল্লকলী
মুংশিরবা মবুঙোগী নোপুর খোঙ্গেল্‌—
পৈরপ্‌ য়েং হন্না তোয়্‌না, খোইরুম্‌ তৌনা
ফজবী—মিংস্না থম্বাল্‌ তথক্লবী
থাংদনা থাংবী খোংথাং কাইদ - কাইদা
য়োৎথরে দেবী থিন্দনা মরানয়াই ।
লক্ষ্মীগী মবুঙো লেঙ্‌শিন্‌দৌরিবনি
অরাং-অপা লৈত পাম্‌লি' পুম' ফংদৌনি
লৈরাংবীগী শেগাইরবা থাংপোক্তো
ওইখরে চাউরবা স্নাগী দলান্‌ ।
মনাই—মশল্‌ হ্লাত্তে থাউমৈ পরেং থাল্লি
পুক্লীং হুর' রত্ন থাম্ল' মিংশেলনি
লৈরি কুবজাগী রত্ন শয্যা নাক্তা;
ফজবী কুবুজা নীংশিংলি থম্মোইদা কৃষ্ণগী মায়থোং
মখোং সেবা তৌরি মনাই মুপী কয়া
কনানা হুম্‌লি চামর তপ্পা তপ্পা
নীংজ' কল্লবী কুবজা লৈরাংবী
মনুং মপাল্‌ কৃষ্ণ মক্তা উজখি ।
অহিংগী অহান্‌বা য়ুথক্তা কৃষ্ণ
লেঙ্‌শিল্লকলে লোয়ন্‌না মনাই উদ্ধব্‌
কুবজা লৈরাংবীগী মরান্‌ য়ায়দা
ইবুঙোনা উথি-কা থুদীংহুদা

হুপা ওইববু অপাম্ মিতৌইন্বা
ইরাঙ্ চুরবা থম্মোই ঈথক্ হৌইন্বা
মথল্ কয়াগী মুর্ত্তি কয়া লৈরী
মখল্ মথল্গী; লাই কয়া থেংলি
হুংশির' খোইথুম্ন' লৈনম হার' কাদা
লেঙ্শিল্লকলি ইবুঙোনা উদ্ধব্কা;
ব্রাশক্ ঙাক্ল' কৃষ্ণ লাক্পা উবদা
ফমুং থক্তে হৌগংচরে কুবজা
লোয়ননা মনাইহুপী কয়াম্মুক্তা
তাবাম্ তারাম্ ওক্চরে মাধব্ উদ্ধব্
থাজরগা মতিক্ চারবা ফিদা
খুরুমজে কুবজা মবুঙো কৃষ্ণ
চরন্ থম্বাল শেংজে লুর' লাইজনা
উদ্ধব্সু ফমই লৈবাক্তা মখোয় নাক্তা
ব্রারী ব্রাতাই কয়া শাই মখোয়্ পূম্বা ।
মতম্ অমুক্ মাঙ্হন্দনা ইবুঙো
লেঙ্শিল্লি লৈরাংবীগী শয্যা থক্তা ।
অমুক্ ঈরু মায়্থজরে কুবজা
তৈজরে মশাপূম্বা চন্দম্না
অশেংবা তরুবা ফিজেং লৈতেংজে
শিবে লৈগী খুজি লৈগী কজেংলৈ
মাধব্ পেন্ন' ঙক্শমদা লৈ পরেং

ফিজেৎ লৈতেংহ্না মবুঙো মাঙ্দা
লেপ্চৈ ইকাইনা খোয়রুম্ মোমোন্ তৌনা
য়েংজে মিংচিনা ফল্লপ্ ফল্লপ্ মাধব —
য়েংলগা মুংশিনা হায়রকুই কৃষ্ণ —।
"মিত্তা ফজবী নঙ্গী মৈচাক্লা চাকুলে
চঙ্লকউ নীংথিবী কৃষ্ণবু চান্বীরো
য়াতা ফজবী মোমোন্ নোক্লা শুম্নংলো
খোয়্থুম্ন’ ৱাঙাংনা শুম্নংলো ঐবু—
তীংদা য়াঙ্দা শাওং শাদা ফজবী
পেল্হল্লরো-পেল্হল্লো কৃষ্ণ ঐবু
চঙ্লকউ লাউ চান্নবী চান্বীরো ঐবু"।
খোয়রুম্ মোমোন্ ইকাই ইকাই লেপলিবী
কৃষ্ণ নাক্তা য়োজনীং লাঙ্তরুবী
হেক্ চঙ্বদি ঙমদ্রবী ইকাইথিবী
কুবজা থুজি নাচি শিরিবী
মথুং পায়্না চিংশিল্লি মাধব্না
মাবু চেক্লেং কোন্বীরে শ্রীকৃষ্ণনা
কুবজা চঙশিঞ্জে ইবুঙো নাক্তা
শ্রীকৃষ্ণৈ চরন্ থাঙ্গচৈ থাবোমথক্তা
অপাম্ মুংশি ঈরাং ঈনোৎ কারবী
লৈরাংবীবু হম্না হম্না চুপ্নীরে
মওং মখল্ কয়া থোক্লা শাম্নরে।

হায়্ নিঙ্‌াই লৈতনা নুংশিথোইরবা
মবুঙো চরন্না হেক শোক্‌পমক্তদা
নীংবা পুম্না থুংজরেদো লৈরাংবী —
তুজুং হন্নাও-খোয়রুম্ মোমোন্ হায়জখি
"পেন্‌ত্রি পেঙ্গত্রি-থাদোক্‌পা ভম্‌জরোই
নখোং থম্বাল্, নুংশিথোইরবা মাধব্
লেঙ্‌বীথিগনু ননাইগী নাক্তগী—
ফংজখিগে সেবা মতম্ থরদংগা"।
থেমজিন্ন' কুবজা নুংশি ন্নাহৈনা
লেঙ্‌থরে কৃষ্ণ উদ্ধব্‌কা লোয়্‌ননা
মুক্তি ফংজখি লৈরাংবী কুবজা"।

---

# [৯]

# মহাভাব ময়ী রাধা

তান্নবদা উদ্ধব্ মপাও নীংথিবা
তন্নবদা রাম্-কৃষ্ণনা তৌখিবা
ললিতা-বিশাখা সখি অনিনা
উদ্ধব্ মকাদা হংখি লাঙ্‌তক্লনা —

" হায়য়ু হায়বীয়ু হে ভক্ত অথোইবা
কয়াম্‌ ফজগে কুবজা হায়্‌বীদো
মাধবকী পুক্নিং চিংশিন্‌বা ওম্বীদো
ফজবী কুবজা পাম্‌জবা শ্যাম্না
রাসেশ্বরীদৈ ফজ' কয়াম্‌ হেন্না
হায়্‌বীয়ু তম্বীয়ু ভক্ত অথোইবা" ।
" তাবিয়ু হে ব্রজগী গোপী পূম্বা
ননাই উদ্ধব্‌কী ব্বারম্‌সে অমুক্তা
দয়াময় ওইবা ভগবান্‌ কৃষ্ণনি
মনাইনা নীংজবা থুংহন্‌বতনি ।
হায়নৈ - নহান্‌মুক্কী মপোক্তা কুবজা
পোক্‌খি সুপর্ণাখা কৌনা ত্রেতাদা
ওইগে নীংজখি রাম্‌ব্বু মপুরোইবা,
দ্বাপুরদা থুংহল্লি কৃষ্ণে মপোক্তা;
ইবেম্মে মনাইগী মনাই কুবজা
মানা করম্‌' লাম্বা পানি রাধিকা —
প্রদোষকালদা রাধা কায়ন মৈচাক্না
ঙাওর' মাধবনা ননাইব্বু থারক্‌লি
তমলুচো হায়না ইবুঙোগী মৈচাক্‌" ।
তারবদা উদ্ধব্‌কী সিগুম্বা ব্বা
কপ্না কপ্না হায়্‌জরক্‌ই রাধিকা —
" হে উদ্ধব্‌ ! অব্বাবগী ব্বাবু ঐনা

করম্‌ লীশিগে নঙোন্দা, ঐখোয়না
কৃষ্ণ য়াওদনা লেঙ্গরী ব্রজদা—
অহিং নুংথিল্‌ যমুনাগী মপান্দা
তপ্লবা নুংশিং তপ্পা তপ্পা শিংলি
মতম্‌ পূম্নমক্তা কোকিল্‌না খোংলি
কেলি কদম্‌ মখোঙ্‌ হান্নগুম্‌ লৈরি
রাস মন্দল্‌দা রত্নগী থাওমৈ থাল্লি।
মশক্‌ ফজরবী মথোক্‌ কারক্‌পী
গোপী পূম্বা, পূম্নমক্‌ লোইনা লৈরি,
শান্নফম্‌ পুখ্রি; লৈগী লৈকোল্‌ পূম্বা
হান্নগুম্‌ অদুম্‌ লৈরি ঙসি ফাওবা
থরাইগী মপু কৃষ্ণতনি লৈত্রিবা—
কৈদনো থরাইগী মবুঙো কৃষ্ণ
কদাইদা লৈখ্রবগে থরাইগী শ্যাম্‌"!
রাহৈশিংসি হায়না হায়না রাধিকা
হিক্‌ হিক্‌ কপ্‌লে রাম্থরে শ্রীমতি—
সখিশিংনা কোন্‌খৎচরে শ্রীমতী—
হিপ্‌থহল্লে ঈংল' মোল্ল' ফমূং থক্তা
চামর থৌগল্‌ তৌজরে তপ্পা তপ্পা
শোল্লি কৃষ্ণ কোলোয় রাধা নাপ্পদা;
কৃষ্ণ মন্ত্র তারবদা রাধিকা
জ্ঞান্‌ লাকৃলে মিং পাঙ্‌লক্‌লে নীংথিরবী

রাধিকা য়েংনা হঙ্গচ্চে উদ্ধবনা—
" হে বিনোদিনী খঙ্‌জরে হৌজিক্তী
নহাক্‌ অসে প্রকৃতি ঈশ্বরীনি
শ্রীদামগী শাপ্‌না গোলুক্‌পু থাহুনা
খোঙ্‌দাবিরক্‌ খিবনি মালেম্‌সিদা
নঙ্‌নি কৃষ্ণে থবাক্তা ঙাম্হোইরিবী
কৃষ্ণনা নঙ্‌গী থরাইদৈ হেন্‌বনি
নশামক্তা কৃষ্ণে থরাইদৈ হেন্‌বনি
অরেম্বদা ররা তোক্‌পীরো রাধে
তাবীয়ু ননাই উদ্ধব্‌না তমজবা
নবুঙো কৃষ্ণগী মঙ্গল্‌ পাউ অসে
ইবুঙোনা হায়্‌রক্‌ই তাবীয়ু রাধে—
" প্রান্‌ রাধে, চান্নবী, থরাইগী মবেম্মা
মতম্‌ পূম্নমক্তা, মফম্‌ পূম্বদা
ওইথোক্তবনি নঙ্‌গা ঐপা কায়্‌নবা,
তারো ঐগী চান্নবী গোপী পূম্বা
ওইররোই নখোয়্‌গা ঐগা থাপ্‌ন্‌বা
লৈরিবনি ঐদি মফম্‌ পূম্বদা—
যুগ ধর্ম্ম পাঙ্‌থোক্লবা ঐহাক্তা
য়াম্বুং দাউজী বলারাম্‌গা লোয়্‌ন্‌না
লৈখিনি মতম্‌ খর মথুরাদা
অফবা থবক্‌ পাঙ্‌থোক্লবা তুংদা

গোকুল্‌দা অমুক্‌ লাক্কনি শোয়্‌দনা"—
তাবিরেদনা রাধে ব্রজেশ্বরী
খঙ্‌বীরেদনা গোপী নখোয়্‌ পূম্বা
শ্রীকৃষ্ণগী পাও উদ্ধব্‌না পুজরক্‌পা
বৃন্দাবন্দা লেঙ্‌লক্কনি রাসেশ্বর
থিন্দনা উরনি কৃষ্ণ মাইথোং থম্বাল্‌
খাঙ্‌ঙম্‌দনা ৱাবা থাদোক্‌পীরো সতি
থোন্‌বীয়ু নঙ্‌না ফজরবা ফিরোন্‌
তৈবীয়ু আল্‌তা চরন্‌ অনিমক্তা
নম্বীয়ু সিন্দুরগী বিন্দু লাইবক্তা
তৈবীয়ু হক্‌চাংদা কস্তুরী চন্দন্‌
ঙক্‌শম্‌দা শিবীয়ু মালতী পরেং
থাদোক্‌পীয়ু দেবী অৱাবা পূম্বা
লেঙ্‌শিন্‌বীয়ু নঙ্‌না রত্ন সিংহাসন্দা
নীংশীংবীয়ু নবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র
পূক্নীং চেৎপীয়ু কৃষ্ণগী ৱাখল্‌দা
থাদোক্‌পীরো মোৎল্‌বা লৈমায়্‌ অসে
চেপ্পীরো নঙ্‌গী রত্নগী কাংথোন্দা
হুমাই হুম্বীনি নঙ্‌গী সখিশিংনা
নোইবীগনি নখোঙ্‌ থম্বাল্‌ মখোয়্‌না
থাদোক্‌পীরো দেবী অৱাবা পূম্বা
শেম্‌ শাবীরো কৃষ্ণবু ওক্লন্‌বা" ।

ৱারম্‌ পূন্বসি হঙ্গচ্চে উদ্ধব্‌না
ভক্তি তৌহুনা খুরুম্‌জৈ রাধিকাদা ।
উদ্ধব্‌ মপাউ তারবদা রাধিকা
থাদোক্‌লে দেবী অৱাবা পূন্বা
হায়্‌রক্‌ই সতি চীং লেম্ন খোঞ্জেন্না—
"নুঙাইৱে উদ্ধব্‌ - কৃষ্ণে মপাউ তাবদা
সে নঙোন্দা পীরবনি নৈজ' থর" ।
মথং মথং দান্‌ তৌরক্‌লে উদ্ধব্‌তা
রত্নগী খুদোপ্‌ বিশ্বকর্ম্মানা শাবা
ফজরবা কুণ্ডল্‌ নাইন্‌ অমা
নীংথিব' ফিজোন্‌ মনি' থাম্ন' গাড়ী
স্নাগী থম্বাল্‌ মনি মুক্তা পরেং
রত্নগী মিংশেল্‌ জপ্‌ মালা অমা
রাধিকা হরাওনা পীরে উদ্ধব্‌তা
হাওর' থুম্ন' অচা অথক্‌ কয়া'মা
মবুক্‌ পেন্না পীজ' পীথক্র' তুংদা
মথল্‌ মথা অয়াম্বা বর দান্‌ তৌরে ।
রাধিকা ঈশ্বরী ফিজেৎ নৈতেংলে
ঙক্‌শম্‌দা থোঙ্লে গজমুক্তা পরেং
লাইবক্তা · সিন্দুরগী বিন্দু নম্‌লে
হক্‌চাং পূম্বা কস্তুরী চন্দন্‌ তৈরে
শ্রীমতি লেঙ্‌থংলে সিংহাসন্‌ থক্তা ।

চান্নবী শিংনা ফম্লে অকোয়্বদা
চামর থোগন্ তৌজে পূক্নীং মকা লাম্না
মরোল্ অহুম্ শুদ্ধাৎপী প্রেম্ময়ী
শ্রীকৃষ্ণগী থৱাইগী থৱাই ওইৰী
রাধাগী ফংঙমদ্রবা শক্তম্ উজবা
লাইবক্ ফৈ ভক্ত উদ্ধব্ য়াইফ-থোইবা
পোক্পগী মহৈ য়াল্লে উদ্ধব্ প্রবর ।
খোয়রুম মোমোন্ নোক্ হংলক্ই রাধিকা
খোয়থুম্বা রাহৈনা উদ্ধব্ মকাদা
"উদ্ধব্ ! রাশক্তুনা হায়য়ু ঐঙোন্দা
কৈদৌঙৈ অমুক্ লাক্কনি বৃন্দাবন্দা
রাধাগী থৱাই মবুঙো শ্রীহরি;
থাদোক্উ লৌনম্বা পূম্বা ইফম্দা
কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়্য়ু অসিতা
কৈস্নু লৈতে কিনিঙাই ঐগী ইফম্দা
চিংন্দনা হায়্য়ু অচুম্বা রাদুতা
সত্যগা মান্নবা অথোইবা ধর্ম্ম
লৈতবনি মরোল্ অহুম্ক্তা
থাদোক্তুনা অকিবা পূম্বা পুক্নীংদা
হায়্য়ু হায়্য়ু অচুম্বা রা ঐঙোন্দা ।
শ্রীমতীগী রা তারবদা উদ্ধব্
হায়জরক্ই মোমোন্ নোক্না হুংশিনা

"হে ফজবী নীংথিবী তম্জগে ঐনা
অচুমবা ৱাতুতা ঐনা খঙ্জবা;
লাক্খিনি হরি বৃন্দাবন্দা অমুক্
উবিনি নঙ্না মাগী মায়্থোং থাজ
করিগী থাজবিদ্রিবনো ঐবু—
চংচরগে বিদায় পীন্বীরো ঐবু
মথুরা পুরীদা চংলগা ঐনা
তম্লুনি নহাক্কী ৱাসে ঐহাক্না
থারক্কনি ঐনা নঙ্গী হরিবু
ৱাবীনু ৱাধে থাজবীয়ু ঐবু।
উদ্ধব্কী ৱা তারবদা রাধিকা
হায়্রক্ই ৱাসেশ্বরী তপ্না তপ্না—
"চংলো চংলো মথুরাদা ভক্ত উদ্ধব্
হরিগী মনাক্তা চংল্গা নঙ্না
তম্বীরু মঙোন্দা ঐগী ৱা পূম্বা
কায়নবৈ' ৱাবা ঙম্দ্রে অমুক্ খাঙ্বা
নঙ্দি ঐগী ইচাগুম্বনি হে উদ্ধব্
থিন্দনা হায়্বীরু মাধব্ মকাদা
কৃষ্ণ লৈত্রবা বৃন্দাবন্ অসিদি
য়েংথিবা মায়্কৈ পূম্বা অমম্বনি
অহিং নুংথিল্ খেন্নদ্রে ৱাধাদদি;
তমাল্বু উরে কদম্বু য়েংলুরে

মিংনা লৈহ্নুনা য়েংখিবা মায়্‌কৈদা
হা কৃষ্ণ কৃষ্ণতনি ঐনা উজবা
খোইমুনা ঙংবদা কোকিল্ খোংবদা
তাজবনি মুরুলী খোঞ্জেল্, তমা
খল্লু খল্লুর' নিঙমক্তে ঐদি
হরিদা ঐনা কয়া মতিক্ শাউখিবা
মাধব্‌তা ঐনা কয়া ওইনখিবা
খল্লু খল্লুর' চাক্‌লে ঐগী থম্মোই
ওৎল্‌রেনে হন্না হন্না পুক্নীংদা
খঙ্‌লুদ্রে ঐদি জগত্‌কী মপুনি
জগত্ শেম্বীবা অথোইবা ঈশ্বরনি
যোগী ঋষিনা ফংঙমদ্রবা মানি,
মায়ানা কূপ্ল' ঐনা খঙ্‌জখিদে
শাউহ্নুনা ঐনা মঙোন্দা লঙ্‌জখ্রে
নীংশিংলুর' হেন্না নীংঙম্মক্তরে
পঙ্‌লবী ঐনা মঙোন্দা কয়া লান্‌খ্রে-
করিগী অসুক্ ব্রায়ৌবগে মাধব !
মপোক্ মপোক্কী ননাইনি ঐহাক্তী
তোল্লবী ঐনা ধ্যান্ তৌজৈ শ্রীচরন্
লেপ্তুনা খঞ্জে থৱাইগী মবুঙো —
হায়্‌য়ু উদ্ধব্' মুক্ কৈদৌঙৈ লাক্কনি
ঐগী থৱাইগী থৱাই কৃষ্ণ অদো —

কৈদৌঙৈ ফংনি—মায়্থোং থাজ উবা
মাগা লোয়্ননা উনবা লাইবক্ ফবা
নুমিত্তো কৈদৌঙৈ অমুক্ লাকনি
কয়াম্ কুইনা ঙাইখিনি কদম্ খণ্ডিদা
চীক্ল' যমুনা মপান্ চন্দন্ লৈকোন্দা
মালতী কেতকীবন্ কুশুম্ সরোবর
শ্রীকুণ্ড নিভৃত নিকুঞ্জ বন্দা
পুক্নীং তুজুং হরাউনা থবাইগী শ্যাম্
কৈদৌঙৈ উনবা ফংনি - হা কৃষ্ণ—
থবাইগী মপু নঙ্ কৈদৌঙৈ অমুক্
উবা ফংগদগে হে থবাই' কৃষ্ণ" ।
হায়্না হায়্না অবাবনা থল্লা রাধা
বান্থনা তাখরে লৈমায় থক্তা ।
উরুবদা সিগুম্বা রাধাগী ভাব
ঙক্পনা থল্লবা ভক্ত উদ্ধব্না
লৈশি লৈথোঞ্জরক্ই রাধা য়েংনা ।
★ " কৃষ্ণ কণ্ঠ হেমমনি
থৌজাল্গী মশক্ ওইবী
থুরুম্জরি নখোঙ্খাদা ।
হে ভুবন্ মোহিনী
লেঙ্খৎপীয়ু প্রেম্ময়ী ।
হে মহাভাব স্বরূপীনি!

আনন্দ দায়ীনি
নঙ্গী নখোঙ্না শোক্পদা
শেংলে মালেম্সে ।
নঙ্গী নপাম্না গোপী পূম্বা
ঙম্না ওইরে লাইবক্ফবী
নঙ্গী নমিং শোম্নে ভক্তশিংনা
নঙ্গী মিংচৎ শন্দোক্লি বেদনা
হে সন্তাপ্ হারিনী
নঙ্নি পবিত্রকারিনী
খঙ্জরে হৌজিক্ নহাক্সি
কৃষ্ণ প্রানাধিকানি
লিলাগী মরম্গী থরায় অমত্তনা
হকচাং অনি থোক্থিবনি
লেঙ্খৎপীয়ু রাসেশ্বরী
তাবীয়ু ননাইনা হায়্জরী
শোয়্দনা অমুক্ উবিগনি নঙ্না।
নহাক্বী থরায়গী থরায় শ্রীকৃষ্ণ
খুরুম্জৈ উদ্ধব্ রাধা খুয়াখাদা ।

---

★ উদ্ধব্কী স্তব ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরানদগীনি

## [১০]

## কৃষ্ণদা লুপচবী গোপীশিংগী ৱাখল

কৃষ্ণে ৱাখল্না উংলবী ৱাধানা
লৈমাইথক্তা ৱাম্থখিবা উবদা
পিৱাংনা থল্লবী ললিতা সখিনা
হঙ্গচ্চে মবেম্মা য়েংনা হিক্লা কপ্পা—
"প্রান্-ৱাধে করি মতো কৌবগে
করিগী নীংশিংলি লৌনম্চাওবা শ্যাম্
নঙ্গী কৃষ্ণদি নিংথৌ মচা নত্তে
গোপবেশ থোন্বা গোপমচাদুনি
মথুৱাদা লৈবা নিংথৌগী মচা
কুবজা লৈৱাংবীগী চান্ন থোইবা
করিগী নীংশিংলি মহাকপু নঙ্না
মাগী মক্তা করি, ৱাহল্লি আত্মা ।
মুপী লোয়্নদনা লৈবা ঙম্দবা
লৌনম্চাওবা কৃষ্ণ হায়্বা শক্হেন্বা
সহৱগী ফজবীলক্তা মুঙাইনা
লৈরবা মহাক্নী, করম্না মানা
নীংশিংলম্নি লৱাইনুপী ঐখোয়্বু,
হায়্য়ু উদ্ধব্ ! করিগুম কান্দা মানা

নীংশিংবিরক্‌পরনে ঐখোয়্‌সিবু ।
কান্নদে লেঙ্‌থৎলো ব্রজৈই মবেম্মা
খন্‌বীরুরন্নু মাবু লৌনম্‌ চাওবা" ।
বিশাখা সখি' হায়্‌রক্‌ই মিৎশুক্লা
" তাবীয়ু হে বৃষভান্নু নন্দিনী
ওইরে নঙ্‌সে য়াম্না ইকায়্‌ খঙ্‌দবী
মাঙ্‌হল্লে নঙ্‌না নুপী পূম্বে ইজ্জৎ
কৃষ্ণদি নঙ্‌গী নত্তে; তাউনে রাধে
কৃষ্ণেদমক্‌ করিগী অসুক রারি ?
শাগৈগী চৎনবী রাংমা লান্না
নহাক্না পাম্‌জরুই কৃষ্ণ সনাতন্‌
হায়য়ু মহাক, হৌজিক্‌ কৈদা চৎখরে ?
মথুরাদা ফজবী কুবজা নাক্তা ।
য়েক্লবা পূম্বা হাৎঙম্মা কৃষ্ণনি
ঐখোয় তারে কংসৈ লৈবাক্‌ জয় তৌগ্রে
কনা খঙ্‌নি নিংথৌগী মচানুপী'মা
লুহোংহুনা লৈরম্মা য়াই মুঙাইনা
লৈখ্রে মাদি শাগৈলক্তা মুঙাইনা
করম্‌ লাক্লীংনি বৃন্দাবন্‌লরায়দা;
থাদোকলো রাই, য়েক্ল ওইর' গোবিন্দ
থাম্‌জিল্লু অমুক্তা নঙ্‌গী মিৎকী পি
অমুক্তুং কন্‌জৌ নশা নথক্তবু

লেঙ্‌খৎলো হে রাধে ব্রজে মবেম্মা ॥
হায়জৈ পদ্মাবতী মবেম্মা য়েংনা
"তাবীয়ু রাধে বৃন্দাবন্‌ মবেম্মা
বৃন্দাবন্দা, কৃষ্ণ অমুক্‌ লাক্‌খিনি
খল্লুবা মরম্‌ চাদে অরান্‌বনি;
কায়্‌নবৈ রাবা খাঙ্‌বা হৈনবনা
হেন্না ফরবনি ঐখোয় পূম্বা;
নন্দগী মচা হৈশিংবা লৌনম্বা
করিগী নীংশিঙ্‌লি মাবু অরেম্বদা
শাগৈগী মৌনি কাউহল্লি নঙ্‌বু মানা
অতুগা মাদি মথুরাদা লৈখ্রে
মহাক্তি বৃন্দাবন্‌বু পূমকাউ কাউখ্রে ।
লৈরি মাদি - নুঙাইনা কুবজা' নাক্তা
নঙ্‌না রাজরি গোকুল্‌গী ময়ায়দা
মাগী মরম্‌গী নঙ্‌না থবায় থার ফাও
নঙ্‌গী গোবিন্দ লাক্লরোই কদৌন্নুংদা
লেঙ্‌খৎলো সতি লেঙ্‌খৎলো ইবেম্মা" ।
জ্ঞান্‌ লাকখিদরে ইবেম্মা রাধিকা
থবাই রাজৈ, খন্নজৈ গোপী পূম্বা
কৃষ্ণ কোলোই নত্ত' হিংলরোই রাধা ।
শাউনা হায় চন্দ্রমুখি পদ্মা য়েংনা
"সখি পদ্মাবতী নঙ্‌সে পঙ্‌খ্রেদা

করিগী কৃষ্ণবু নিন্দা তৌরিবা ?
রাধাগী নাক্তা কৃষ্ণ নিন্দা তৌবা
কনা লৈ নঙ্‌গুম্না বুদ্ধি লৈতবা।
অন্না-নুঙাই—তৌজ কর্ম্ম মহয়নি
প্রকৃতিদৈ থোইরবী রাধা সতি
লাইবক্ ফবনা কৃষ্ণবু ফংজখি
কায়্নবনা ৱাবনি রাধা থম্মোই
অহিং নুংথিল্ ৱানা লেল্লিবনি রাধা;
রাধাই থম্মোই' কৃষ্ণতবু নীংশিংলি
ফজরবা ফিরোন্ মৈগুম্না শারি
চন্দন্ তৈবস্থ মৈদা ঘী হাপ্পনি
ৱার' থম্মোইদা অরাম্ থৌরাং চঙ্‌ড্রি
নুংশিত্তা চাহুনা থৱায় হিংবনি
কৃষ্ণবু থাগংলুনে পদ্মাবতী
অতুতদা রাধাগী জ্ঞান্ লাকনি"।
হায়্রকই ইন্দুরেখা মতমতুদা —
"তাবিয়ু হে রাধা সতি ফজবী
শ্রীকৃষ্ণদি পরমাত্মা ঈশ্বরনি
মহাক্তি সংসার পৃম্বগী মপুনি
ৱাংপা লৈতবী লক্ষ্মীগী মবুঙোনি
বৃন্দাবন্ উমংদা লৈবী নুপীজা
ঐখোয়্দি হায়্রুনু, মথুরাদা লৈবী

সহবগী ফজরবী মুপী ফাওবা
কৈস্তু কান্নবা লৈতে মঙোন্দা ।
মাগীনি মফম্ পূন্থ্‌দা লৈল্লিরা ।
মখোঙ্ থম্বাল্‌তবু ধ্যান্ তৌই সাধু পুন্বা ।
ব্রহ্মানা খঙ্‌বা ঙমদে মাগী মগুন্'
শীংথা ঙমদে মাবু ভারতী মল্লা
বেদনা থাবা লোইদে মাগী মগুন্
কনানা ঙম্‌নি মাগী সিমা লেপ্পা
ঐখোযনা কবম্ খঙ্‌নি মাগী মহিমা ।
কাম কোটি ঙমজ' মাগী শক্তম্‌নি
মফম্ খুদিঙ থুংনা লৈবা মহাক্কী —
কবম্ খঙ্‌নি ঐখোযনা মহাক্কী গুন্
লেঙ্‌খৎলো হে ব্রজেশ্বরী নীংথিবী" ।
নোল্লুক্না হায়জে সুদেবী সখিনা —
" ঐগী ৱাসে তাবীয়ু নঙ্‌না ফজবী
পূন্দুনস্থ কন্দর্প চাম' চামনা'
কদৌনুংদা মান্ন ঙমলোই কৃষ্ণগা
কৃষ্ণদি জিব পূন্থগী পুন্‌সিনি
জগত্ পূন্থগী লেঙ্‌দ্রবা ঈশ্বরনি
পদ্মাবতী মহাক্না অবেস্থদা
কবিগী মহাক্‌পু নিন্দা তৌবিবা
মরম্ লৈতনা কৃষ্ণ নিন্দা তৌবা

তোল্লবনি নঙ্গী পুনসি পদ্মাবতী
কৃষ্ণ নাম্ অমুক্তং শোঞ্জবদা
কোক্লিবনি মপোক্ কোটি কোটিগী পাপ্
'সিগুম 'নাম্‌দা করি'। নিন্দা তৌরিবা" ?
চিত্রানা হায্‌রক্ই তপ্প ৱাহৈনা
"কৃষ্ণ নিন্দা তৌহৈবা থবক্ নত্তে
ওইথং' খুৎনা গোবৰ্দ্ধন্ থাঙ্গৎখিবা
কনা লৈ মাগা মান্ন' ত্রিভুবন্‌দা
ববাহ ওইদুনা মালেম্ কন্‌খিবা
দত্য লিশীং লখা মহাক্না হাৎখিবা
করম্ মী লৈ মাগা মান্ননা কন্‌বা
কবিগীদমক্ শ্রীমতীগী নাক্তা
থৱাইগী মপু কৃষ্ণবু নিন্দা তৌবিবা" ?
হায়্‌জরক্ই তুঙ্গবিদ্যা সখিনা —
"তাও পদ্মাবতী ! কৃষ্ণ নিন্দা তৌবদি —
য়াম্না তোন্‌বা তৌহৈদবা থবক্নি
রাধিকাগী থৱাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণ
মবোল্ অহুম' মপুনি' মত্তা ঙায়বা
অবেম'দা নঙ্‌না কবম্ নিন্দা তৌবিবা" ?
হায়্‌রক্ই চম্পকলতা বঙ্গ দেবী—
"রাধিকা' থৱাই, শ্যাম্ কাহ্নাই শক্‌হেন্‌বা
ব্রজনিংথৌ মপারী গোপীগী প্রান্

নোংহৌঙম্বা বাসি পায়্বা শক্নৌবা
নঙ্দি রাধিকাগী থম্বাইগী থম্বাইনি
তাইবং পান্বগী মপুনি অথোইবা
লেঙ্খৎপীরো নিংথৌগী মচান্নুপী
লৌবিরগনু ম্বা পদ্মাবতীগী ” ॥
ম্বা পূম্বা তাম্ববদা পদ্মাবতী —
হায়্রক্ই উদ্ধব্ য়েংনা তপ্না তপ্না
“ ঐগী ম্বাসে গোপীশিংনা খঙ্ঙমদরে?
অতুনা ঐবু চৈরিবনি মথোয়্না
তাবিয়ু উদ্ধব্ হায়্জগে নকাদা
তৌনিংবতা তৌঙম্বা কৃষ্ণ ভগবান্
মাগী মগুন্ শিংথা'ঙমদে বেদনা
ঐদি পঙ্লবী গোপী নুপী মচানি
করম্না খঙ্নি ঐনা মাগী মরম্ ।
মাদি অথোই' ঈশ্বরনি লেঙ্নাইদ্রবা
পদ্মানা মথোঙ্ সেবা তৌজবনি
প্রকৃতি ঈশ্বরী য়েত্তা ঙাম্থোইবী
মাগী মগুন্ থাবা ঙমদে ভারতী
পঙ্লবী ঐনা করম্না খঙ্গনি ” ?
পদ্মাবতী ম্বা তাবদা
হায়্রক্ই গোপীপূম্বা পুল্লপ পূন্না—
“ হা কৃষ্ণ প্রান কৃষ্ণ গোপীগী থম্বাই

ঐখোয়্না হেক্ পোকপা মুমিত্তে হৌনা
ঐখোয়্না নঙ্বু মুংশিজরক্পনি,
কায়্নবনা হেন্না মুংশিহন্বনি,
কায়্নবৈ 'রাবা খাঙ্বা হৈনবনা
খ্বায়দৈ নুঙাইবনি নীংবা কায়্বনা—
অতুবু থল্লুবা ঙমজদে থরায় শ্যাম্
অমুক্ হল্লক্লরোই হায়্না বৃন্দাবন্দা ।
কনানা কাউঙম্নি চীক্ল মফম্দা
রারী কয়া শাখিবা মাধব্কা চীক্লা ।
য়েংউ উদ্ধব্ বৃন্দাবন্ অসি থন্না
লৈরিবনি তুরেন্ উমং-লৈকোন্ কয়া;
মফম্সিদনি তাজবা ঐখোয়্না
মাগী মুংশির মুরুলী ধ্বনী তত্তনা
উরুরগা বৃন্দাবন্বু মিংসিনা
অতংপা লৈতনা নীংশিংলি কৃষ্ণ ।
অরাংপা লৈত্রবী বৃন্দাবন্ সিনা
কাউহন্বা ঙম্দরে মহাক্পু - কৃষ্ণ
বৃন্দাবন্সি থল্লি মাগী খোঙ্গুল্তনা
অতুবু খোঙ্গুল্নদি ফংহন্দে কৃষ্ণ
ঐখোয়, অতংপা লৈতনা নীংশিংলি
ইবুঙোগী ফজরবা শক্তম্দো
মানা চৎপা, মানা নোক্পা মাগী রাঙাং

মাগী ফাগী ফারাং, মানা লঙ্নবা
কৃষ্ণতবু খঞ্জবনা, পূম্নমক্
কাউরবী, ব্রজ গোপী ঐখোয়্নি
ঐখোয়্না মাবু কাউবা ওইথোক্তবনি
হে বৃন্দাবন্গী মবুঙো! ঐখোয়্ পূম্বা
তারে অৱাবা সমক্রুদা অতুনা
অমুক্তা লাক্পীতুনা বৃন্দাবন্দা
ঐখোয়্বু অৱাবসিদৈই কল্লোরাও!"
গোপীশিংগী কৃষ্ণদা লৈরিবা ভাব
অতৈগা মান্নদবা কৃষ্ণ ভাব
ভগবান্ হরিবু লৈশি লৈথোন্বা
উরু তারুবদা ভক্ত উদ্ধব্ প্রবর
ভাবনা থূমহংলে তরঙ্দা তাউরক্লে;
তপ্না তপ্না প্রেম্না থুম্নাৎ' ৱাহৈনা
হায়্জরক্ই গোপীপূম্বয় মফম্দা
" তাবীয়ু হে ব্রজগী গোপীপূম্বা
দ্বিপ্কী লক্তা পূক্নিং হুর' জম্বু দ্বীপ্নি
হায়রি' দ্বিপ্সিদা লৈরি ভারত্ ভূমি
পুন্য চেন্বা ফজরবা মফম্নি,
ভারত্তা ব্রজ ধাম্না অথোইবনি;
নুপী পূম্নমক্কী লক্তা ভারত্কী
ব্রজ গোপীশিংতনি পুন্য চেন্বী

থেংনজবনা গোপী খুয়া উফুল্
ভারত অসি ওইরে হৌজিক্ শেংল' মফম্
গোলোক্তা লৈবী কৃষ্ণে চান্নবী রাধা
গোপী ওইনা পোক্পীররে ভারত্তা
শ্রীদামগী অভিশাপ্না, রাই বিনোদিনী
কুম্থবীরে মালেম্ ভানুগী য়ুম্দা
শান্নররে মত্তম্বাক্তা কলাবতী
ওইবীররে বৃষভানু মচা নুপী;
রাধিকাবু নুমিৎ খুদিং উজহুনা
গোপী পুম্বা ওইরে পুন্য চেল্লবী
লাইশিংগী লক্তা মহেশ্বর সদা শিব
গোপীশিংগী লক্তা রাধা বিনোদিনী—
নুপীশিংগী লক্তা ব্রজগী গোপী
থাক্ষে শেংবা কৃষ্ণ ভক্ত মক্তনি ।
শ্রীকৃষ্ণনা তম্মুচো তাক্পীরক্পা —
"নখোইগী থম্মোইদা লেঙ্দনা লৈনবা
ঐহাক্পু নুংশিবীবহু নখোয়্না
থোইনা হেন্না হেনগৎহন্গে থন্না
নখোয়্গা কায়্নবনি ঐনা থৌওইনা" ।
খঙ্জরে চুম্লে লোইনা ইবুঙোগী ৱা ।
ইবুঙোগা নখোয়্গা থানদ্রে 'মত্তা
মনাইবু চান্বীবা ইবুঙো কৃষ্ণ

লেঙ্দনা লৈরে অথোয়গী থম্মোইদা ।
ঐ অমুক চৎচররোই মথুরাদা
লৈজরনি গোপীশিংগী মনাই ওইনা
গোপীশিংনা শোন্বা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্
তাজগনি তত্তনা পাপ্ চেন্বা উদ্ধব্
হরিনাম্ কীর্তন তৌগনি নুঙাইনা—
গোপীশিংগা মান্নবা কৃষ্ণ ভক্ত
অতৈ কনা লৈতে মালেম্সিদা
মতম্ পূম্বা লৈজগে গোপী নাক্তা
ঐ অমুক্ হঞ্জররোই মথুরাদা" ।
উদ্ধব্কী য়াৱা তাবদা বৃন্দা সখি
হায়্রকই ভক্ত য়েংনা নুংশিনা—
" করি অমুক্ হায়্সিগে ভক্ত অথোইবা
কৃষ্ণ লৈত্রবদা মায়্কৈ মরি মম্লে
বৃন্দা ঐগী বন্সে পূমহাঙ্ হাঙ্লে
থৌজাল্ হৈবা কৃষ্ণ জগত্কী মপুনি
প্রকৃতিদৈ তোঙান্বা অথোইবনি
তৌনিংবতা তৌঙ্ম্বা ভগবান্নি—
রাধিকাগী থৱায়গী থৱায় গোপীগী
কোক্নী লৈতেং কদাইদনো হা কৃষ্ণ
রাধাগী অৱাবসি উত্ত্রবরা ?
তাও মহাশয় কৃষ্ণ মনাই অথোইবা

কৃষ্ণ ঈশ্বরনি খঙ্‌ই পূন্নমক্না
শোল্লো নীংথিরবা কৃষ্ণ কোলোই
থিন্দনা রাধাবু জ্ঞান্ তাহল্লো।”
মতম্‌দুদা হায়জরকুই উদ্ধব্‌না
নুংশিরবা থুম্‌থোইরবা খোঞ্জেল্‌না—
“হৌগৎলো, হৌগৎলো হে রাধাসতি
হৌগৎলো, ফজবী, কৃষ্ণগী চান্নবী,
মতম্ পূম্বদা কৃষ্ণ নাম্না জয় ওইরি।
হৌগৎলো কৃষ্ণগী থবাইদৈ হেন্‌বী
নীংথিবী; কৃষ্ণগী মনাই ঐহাক্নী
থীন্দনা চৎচরগে মথুরাদা
তম্‌জরুগে নঙ্‌গী নপাউ কৃষ্ণদা
চান্‌বীদূনা বীদায়্ পীনবীরো ঐবু।”
গোপীশিংনা শোনবা কৃষ্ণ কোলোই
লোয়ননা উদ্ধব্‌কী রা তারবদা
জ্ঞান্ লাকুলে রাধিকা শোল্লি “থবাই শ্যাম্”
রাবনা থম্মোইথন্ হৌগৎলে' ফম্‌জরে
মাচিন্দা শোঞ্জে হরে কৃষ্ণ হরে
রত্ন সিংহাসন্দা ফম্‌লে রাধারানী
গোপীশিংনা চামর থৌগল্ তৌজরি।
থবাই ওইবা কৃষ্ণবু নীংশীং নীংশীং
পিরাংন' থল্ল' মিৎস্না থম্বাল্ লৈইনা য়েং

হায়জরক্ই রাধা উদ্ধব মকাদা
"কৃষ্ণগী 'মরুপ ! চৎলো নঙ্ মথুরাদা
ঐগী ঝা পূম্বা খঙ্হল্লু কৃষ্ণদা —
মাবূ কায়ন' মৈনা থম্মোই খোন্না চাক্লে
কৃষ্ণ লৈত্রবদা মায়কৈ মরি মম্লে
থরাইগী মবুঙো পুবীরক্উ থুনা
অরাবা সাগরদৈয় কল্লুনে উদ্ধব্
তোল্লবীগী থরাইগী গোবিন্দনা
পাঙ্দ্রবী ঐহাক্পু থাদোক্পীরেনে
লাইবক্ থীরবীবু রাধা ঐগুম্না
কনা অমা লৈবগে মালেম্সিদা।
কৃষ্ণ কায়ন— মৈচাক্ থাঙ্ঙম্দরে
রাধা ঐগী অরাবা পন্থেং য়োরে
অরাম্ খোরাঙ্ লৈতরে, মিত্তৈয় নিদ্রা
মাঙ্থরে, অহিং নুংথিল্ খঙ্দরে
রাধা ঐগীদি অরাবতা মাঙায়রে।
মহাক্পু পুবীররুবা থিন্দনা
থুনা চৎখ্রো উদ্ধব্ মথুরা তম্না।
পুবীরক্উনে কৃষ্ণবু ইনাক্তা।
কল্পবৃক্ষগুম্বা থরাইগী কৃষ্ণ
ফংজরগা ইপুরোইবা ওইনা
করম্বা ফত্তবা লাইগী নোংদম্না

মাঙ হন্‌বীখরে অমুক্‌ ঐঙোন্দগী
ঐগুম্না লাইবক্‌থিবী পাপ্‌চেল্লবী
করম্বা মী উবিবগে তাইবঙ্‌দা
কনা অমা লৈরিবগে ব্রজদা।
ঐগী থম্মোইদা নুঙাইবা লৈতরে
কৃষ্ণ নত্তনা পূম্নমক্‌ মম্না উরে
পূক্নিংগী' ৱাবা কনা' খঙ্‌বা ঙমবগে
রাধাগী থম্মোই নঙ্‌বু কৈদা লৈবগে
মশক্‌ উজর পূক্নিংসি পেঞ্জবা
মমিঙ্‌ তাজর' পুনসি মহয় য়াঞ্জবা
মরোল অহুম জয় তৌবা ঐগী বিধাতা
থৱাইগী মবুঙোবু নুংশিথোইবা
ঐনা করম্‌ কাওগনি হায়য়ু উদ্ধব্‌ !
শক্তা গুণ্‌দা মাগুম্বা অনি শুদবা
মতম্‌ পুম্বদা লেঙ্‌দবা অচুম্বা
মাগী য়াথং জগত্‌ পূম্বনা ঙাক্‌লিবা
বিধিগী বিধাতাসু ওইরিবা
পোকপা শিবা হিংবা মাগী মরন্‌ ওইবা
মথেক অহুম্‌ থেক্‌পা বাসি পায়বা
কোক্‌থক্তা ৱাহোং চুরানা লৈতেংবা
ফুইনা নোংহৌ ঙম্‌জবা চান্নথোইবা
মহাক্‌পু ঐনা করম্না কাউগনি

মহাক য়াওদনা ঐনা করম্ হিংগনি ?
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্ খাঙ্বা ঙম্দরে
কৃষ্ণ উদনা পূক্লিং লৈইতা' ঙম্দরে
ৱাখল্ শান্তি লৈতরে, ৱাবনা থল্লে;
মুনি ঋষি কয়া' পাওতাক্লা, ভারত্‌কী
ঈংল' খোঞ্জেল্লা, বিনা শুর কয়ানা
স্বর্গগী লাই পূম্নে নাওথেম্ ৱাহৈনা
রাধাগী পুক্লিং ফাজিন্বা ঙম্লরোই
কৃষ্ণ নত্ত' ঐগী পূক্নাং ঈংলরোই
চৎলোনে উদ্ধব্, পীনবীরো মাধব্
তারাপূম্' মাঙ্হন্বা কৃষ্ণ মায়থোং ফজবা
অমুক্হন্না থুনা উহন্বীয়ু উদ্ধব্।
খঙ্দ্রনে নঙ্বু হে ভক্ত অথোইবা !
কৃষ্ণ য়াওদনা হিংবা ঙম্জদে রাধা।"
কপ্লতনা ৱারবা রাধা, খোঞ্জেল্
অমুক্ থোক্খিদ্রে, উদ্ধব্তা য়েংজবতা
মঙায়্রে, ৱা অমুক্ ঙাঙ্খিদরে।
কপ্লতনা ৱাঙাং থোক্ত্রবা উদ্ধব্
মিৎস্না থম্বাল্ অনি পিরাংন-থন্
খুরুম্জরে রাধাগী মখোঙ্ খাদা
ঙাইজরি, য়াথং মথুরা চৎনবা ॥
হনখি' তারদা উদ্ধব্ মথুরাদা

অরাবনা থল্লক্লে গোপী পুম্বা।
মঙ্গল্ পোৎলম্ পুম্বা থম্লে উদ্ধব্ মাঙ্দা
অথেম্পোৎ মনা মথিন্ হাপলে দলাইদা
গোপীশিং কৃষ্ণে খুদোন্পোৎ তম্জরী
ফম্ফম্দগী হৌগৎলে রাধা রানী ।
মিত্তগী পী জর জর শিন্থরী
উদ্ধব্ মকাদা আশির্ব্বাদ তৌরক্ই
নুংদা রারবী রাধা উদ্ধব্তা হায়খি—
"চৎলো ভক্ত, মথুরাদা হল্লোকো
আশির্ব্বাদ তৌরি নঙ্বু ঐহাক্না
মঙ্গল্ ওইয়ু অনীংবা পুম্বা থুংজো
হরিগী মফমদয় জ্ঞান্ ফংবা ওইজো
নহাক্ কৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইয়ু
ভক্তশিংগী লক্তা অথোইবা ওইয়ু ।
হরিদা ভক্তি লৈজরবা মাদি
ফংলরোই অরাবা অমুক্ পোক্পগী
মহয় য়াল্লবনি মহাক্কী পুন্সি ।
তাও, হে ভক্ত উদ্ধব্ ! নঙ্ ভক্তাগা লোয়্ননা
হরিগী চরন্ ধ্যান্ তৌ হন্না হন্না ।
লাইগুম্না অমর ওইনা লৈবদগী—
মরোল্ অহুম্দা ফংঙম্দ্র' হরিগী
মনাই ওইবনা, থোইনা হেন্না ফবনি ।

থৌজাল্গী মপান্ নাইদবা মহাক্কী
ভক্ত' তুংইন্বা, পূম্নমক্কী হৌফম্নি
কাউনু উদ্ধব্, তুংনফম্নি মহাক্তী
চৎলো ভক্ত; মথুরাদা চৎলোকো
মঙ্গল্ ওইয়ু, নঙ্না নীংবা থুংজৌকো" ।
রাধিকাগী য়ারা তারব' উদ্ধব্
কৃষ্ণ প্রেম্না থুম্মৎখরে, জ্ঞান্ মাঙ্খ্রে
তরং লাইজ ঈরা হৌ, হঙ্গচ্ছখি
রাধাদা থুবাং চাংজৌ তরা লোম্না
"ভারতকী 'মুংদা পুন্য চেন্বী বৃন্দাবন্
তৈজতুনা রাধাগী খুয়া উফুল্
ওইজরে য়াম্না শেংলবা মফম্
ওইরে মালেম্, পুন্য চেন্বী লাইবক্ফবী
প্রজাপতি ব্রহ্মানা চহি চা' কয়া
তপ্ তৌহনমু পুস্কর তির্থদা
ফংখিদে উবা যুগল্ মুর্ত্তি মঙ্দা ফাও'
লাইবক্ ফৈদা গোপ-গোপী পুম্নমক্
মখোয়্দি উবা ফংজৈ নুমিৎ খুদীং
ফংঙম্দ্রবা রাধা কৃষ্ণৈ যুগোল্ মুর্ত্তি ।
গোপী কোটি কোটিগী মবেম্মনি
কৃষ্ণগী থরাইদৈ হেন্বী রাধিকা
রাধিকাবু নিন্দা তৌবা মখোয়্দি

পুগনি পাপ্ ব্রাহ্মন্ চাম হাৎপগী
পোক্কনি হন্না হন্না ওক্কী মচা ওইনা
ওইগনি নরক্কী তীল্ মতম চুপ্পা;
জয় রাধে, শ্রীরাধে, রাধে নঙ্গী বরনা
ফংজরনি কৃষ্ণয় চরন্ শোয়্দনা
পাপ্ চেল্লবা ননাই উদ্ধব্ ঐহাক্না" ॥
বারম্সি হায়্না হায়্না রাধিকাদা
খুরুমজে মকোক্ নোন্না খুয়াখাদা।
তোংখৎচরে উদ্ধব্ দলাই থক্তা
চৎপা হৌখরে মথুরা লম্বীদা
তাম্না য়েংনা লৈহৌই গোপীশিংনা।
মহাকপু য়েংহুনা হায়খি রাধানা —
"থুনা চৎলো ভক্ত মথুরা তান্না
তম্মু রারম্ পূম্বা কৃষ্ণয় মফম্দা
থিন্দনা থারকউ কৃষ্ণ অসিদা ॥
অরেম্বনি, কৃষ্ণ য়াউদ' ঐই পুন্সি,
থরায়গী মবুঙোবু উদ্রবদি
শোইদনা রাধা থরায় থানি উদ্ধব্
শ্রীকৃষ্ণ লৈতরবা বৃন্দাবন্সি
শুক্র' মমলবা মফম্ অমা ওইরে;
চৎলো হে উদ্ধব্ কৃষ্ণগী মনাক্তা
তম্বীয়ু ঐগী রা পূম্বা মঙোন্দা" ॥

রাধাগী বিদায় লৌজরে, চংখরে,
মুংবঙ্নরবী রাধা রান্থখরে
তরংদা মিং উইশিন্ শোঙ্গে তপ্পা তপ্পা—
'চংলু চংলু উদ্ধব্, মথুরা তান্না
পুরকৃউ ঐগী থরায়গী শ্যাম্ থুনা;
কৃষ্ণ লৈত্রবা — অমুক্ হিংলরোই
কৈদনো ঐগী থরায়গী মবুঙো
কদায়দা চংগ্রে ঐবু থাদোক্তুনা
করি লম্দনো নহাক্পু দয়াময়
তোল্লবী, মবুঙো চান্বীহৈবা হরি
মদন্বু ঙনজবা থুত্তা বাসি পায়্বা
চুরানা লৈতেংবা সনা ফিগে থোন্বা
থরায়গী শ্যাম্ রাধাগী চান্নথোইবা
লাক্পীরো থুনা ঐহাক্কী ইনাক্তা" ॥
জ্ঞান্ মাঙ্খরে রা ঙাঙ্খিদরে রাই
কপ্চরি সখিশিং রাই চরন্ কোন্না
শোঙ্গুরি কৃষ্ণ মন্ত্র পুল্ল'প পূন্না।

---

# উদ্ধবনা কৃষ্ণদা পাউদয়া

" জয় রাধে শ্রীরাধে, রাধে শ্রীরাধে
জয় কৃষ্ণ শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীরাধে কৃষ্ণ" ।
রাধা কৃষ্ণ কোলোই শঙ্ক শঙ্কহুনা
খর্জ্জুর কাননগী লম্বীরোম্‌দা উদ্ধব্
থুনা চংখয়ে মথুরা লম্বীদা;
যমুনাদা স্নান্ দান্ লাঙ্‌জর' তুংদা
মধুপুর য়োরক্‌লে ভক্ত অথোইবা ॥
মথুরা য়োর'দা উথি উদ্ধব্‌না
কৃষ্ণ ভগবান্ নগরগী চিদাইদা
মী চীক্লবা বট্ পাম্বী মখোঙ্‌হুদা
মথন্তা লৈরম্মী মাবু ঙাইহুনা
বৃন্দাবনগী লম্বীদা চিংনা য়েংনা ।
ব্রজে পাউ তানীং'না লাঙ্‌তক্রবা
মাধবনা হায়্‌খি উদ্ধব্‌পু উবদা
" হে উদ্ধব্, মরুপ্ ! লাও লাও ঐগী নাক্তা
তম্মু করি উরক্‌ই বৃন্দাবনদা !
উনরক্‌পরা শ্রীমতী রাধিকা
করম্না খাঙহৌই ঐগা কায়্‌নবা

করম্ হায়না লৈহৌই গোপী পূম্বা
করম্বা মতম্ লেল্হৌই গোপমচা
করম্বা লৈহৌই ইমা যশোদা
উনরক্পরা পিতা নন্দ নিংথৌ
তাহল্লো পূম্নমক্কী য়াইফ পাউদো
তম্মু শন্দোক্না নঙ্না উরক্' পূম্বা
থীল্লম্নু অমুক্ লাঙ্তক্করে থম্মোই" ॥
শ্রীকৃষ্ণগী পাউহং তাজরবদা
তমজে উদ্ধব্ ব্রজদা উরক্' পূম্বা।
"তাবীয়ু যাদব! হঙ্গচ্চগে' পূম্বা—
ভাণ্ডির বন্দা ব্রজগী অঙাং থিবিক্
থেংনজৈ কপ্লম্বা নঙ্বু কৌহুনা
উজরক্ই ইমা যশোদা রানী
কপ্লম্মী নঙ্বু কায়্নব্বা মৈচাক্না
হিংহৌরি নঙ্বু উথিনি আশাতনা
উনরক্ই ব্রজগী নন্দ নিংথৌ
হংলক্ই নঙ্না নীংশিংলিবরা মাবু।
ব্রজগী গোপী পূম্বা থেংনজরুই
কোয়্না চৎলম্মী রাসমণ্ডল্ শিন্থুংনা
থিহুনা লৈরম্মী কদায়দনো শ্যাম্?
শ্রীমতী রাধা নঙ্' কায়্ন মিকুপ্তৈয়
হিপ্পুনা লৈরি লফুগী বন' হুংদা

মোৎলবা শেগায়র' ফি শেৎ-ইন্দুনা
লৈমায়্দা য়াতারী লৈঙোই' ফমুংদা।
পক্তে মশাদা সনা মনি রত্ন
তূপ্সা হিপ্পা অরাম্ খোৱাং চঙ্দরে
মঙোন্দা অহিং নুংথিল খঙ্খিদরে;
নঙ্' কায়্ন - মৈচাক্না জ্ঞান্ মাঙ্ন' লৈরি;
নখোঙ থম্মাল্বু লেপ্পুনা নীংজরী
কায়্নবে ৱাবনা হন্না কপ্চরী „ ।
মরক্ মরক্তা হংলি—" কৈদনো শ্যাম্"—
নুংশা মপী ফুয়ন হোন্ হংজে তত্তনা—
" থৱাইগী মবুঙো শ্যাম্ কহ্নাই শক্হেন্বা
নঙ্বু কৈদৌঙৈ উগনি, নুংশিথোইবা " ।
নঙ্ কায়্ন মৈচাক্না হিংলরোই রাধা
নঙ্গী মরম্গী মহাক্না শিরবা
নিংচৎ থীগনি নহাক্কী, হে কৃষ্ণ ।
তাবীয়ু প্রভূ দয়াময় - চান্বীহৈবা
অমুক্তা লেঙ্বীয়ু নঙ্না মাগী নাক্তা " ।
বৃন্দাবন্গী উরি উনা চীং তুরেন্
হৈকোন্ লৈকোন্ কুঞ্জবন্ রাসমণ্ডল্
যনবী যন্নাওগা লোয়্ননা গোবর্দ্ধন্
ভাইহৌরি নঙ্বু হে মুরলী বাদন্
অমুক্তা লেঙ্বীয়ু ব্রজ ধাম্তুদা
মিৎ মক্না য়েংবীরু শ্রীনন্দগী দষা " ।

( শ্রীকৃষ্ণনা বাবা-উদ্ধব্তা বাশক্ )

উদ্ধব্ মপাউ তারবদা শ্রীকৃষ্ণ
'বাবনা মুংবঙ্নরে থম্মোই কায়রে
খল্লু খল্লুর' থোইনা নিঙ্ঙম্মক্তরে ।
অক্রুরগী দলাই মাঙ্দা লেপ্চখিবী
মিৎম্না পিরাং থন্ মাবু য়েংখিবী
ইকাই-ইকি রাংমলান্ শম-ন' ইফা ফা
দলাই চাকা পায়্তুনা থাম্ভখিবী—
গোপীশিংগী মবেম্মা থবাই' বাধা
কপ্পা কপ্পা ঙল্লা হল্লা হায়খিবা—
"লেঙ্বীখিনু হে থবাইগী মবুঙো
মধুপুরদা লেঙ্খিনু—চাম্ন:থোইবা
তোল্লবী রাধা ঐবু থাদোক্তনা
লেঙ্খিনু, লেঙ্বীখিনু মুংশি থোইবা
হিংবা ঙম্জরোই রাধা—নঙ্ য়াওদনা ।
তোল্লবী রাধাবু হুন্দোক্পীরগা
কদায়্দা লেঙ্গেগে ব্রজগী থা" ॥
করম্না কাউসিগে চাম্নবীই শক্তমদো
কৃষ্ণগী থবায়্গী থবায় রাধিকা
ওৎলরে থম্মোই ওম্চারুরে বাখল্—
যমুনা পুলিন্, শ্রীকুণ্ড, ভাণ্ডিরবন্

কদম্ব খণ্ডি গোবর্দ্ধন্‌ চৌংগী তম্‌য়া
মানসি গঙ্গা, নিভৃত নিকুঞ্জবন্‌—
কদায়্‌দা লৈখরে কুসুম্‌ সরোবর
কৈদৌঙৈনো পাম্‌জবা সূর্য্যপুজা
ওৎলরে, থম্মোয়্‌ অসি ওম্‌চারুবে
কদাইদনো শ্যাম্‌' থরাই বিনোদিনী " ?
নুংবঙ্‌নপ্রে কৃষ্ণ তরঙ্‌দা লৈখ্রে
খঙ্‌খিদবে লৈঙোইনী হায়রবা মাধব্‌ ।
কৃষ্ণ মতৌ উবা পাখৎচৈ উদ্ধব্‌
কোন্‌খচ্চবে মথাদা হুমজৈ হুমাই
শোঞ্জে নাপদা থম্মোই শুদ্ধং' কোলোই
" রাধিকানা জয়্‌ ওইরে লেঙ্‌খৎলো কৃষ্ণ
রাধিকাগী মবুঙো, রাধা বল্লভ্‌
জগত্‌কী মপু তোল্ল'বু কন্‌বিবা
লেঙ্‌খৎলো হরি তাবিয়ু উদ্ধব্‌কী রা ।
উদ্ধব্‌না শোন্‌বা উদ্ধব্‌না শকচবা
তাববদা নুংশির' রাধা মন্ত্র
জ্ঞান্‌ লাক্‌লে গোবীন্দ, চিংন-য়েংজৈ উদ্ধব্‌ ।
" হায়য়ু উদ্ধব্‌ হায়য়ু চান্নবা মরুপ্‌
তম্মু করি হায়রক্‌ই চান্নবীনা " ?
" তাবীয়ু প্রভু দয়াময়, থৌজাল্‌ হৈবা
ইবেম্মনা হংই তত্তনা নঙ্‌বু

অমুক্ হন্না লাক্‌খিন্ত্রা বৃন্দাবন্‌দা
কৈদৌঙৈ অমুক্ উগনি ব্রজদা
লেঙ্‌ঙো মাধব, থিন্দনা বৃন্দাবন্দা
লেঙ্‌বীন্নু অমুক্তা রাধাগী নাক্তা।
ওইবীগন্নু নঙ্‌না মুংশি হৈতবা;
নহাক্কী ন্নাখল্‌তনা ঙাওজন্নবী
ফুদোঙ্‌ল’ সনাগুম্ ফজবী রাধা—
নঙ্‌বু কায়্‌নবা মৈচাক্না হে কৃষ্ণ
মুশিন্ মুনা কাহৎখরে হে মাধব।
নহাক্না পেন্‌বীনবগীদমক্তা
ফজরবা ফিজোন্ মতম্ পুম্বদা
শেৎ-চারম্বী, নীংথিন’ রত্ন শিরম্বী
নঙ্‌গী থম্মোই হুবী ব্রজে মবেম্মা
মশাদা ফিজেৎ লৈতেং পক্‌খিদরে
ইকাই ইকি জ্ঞান্ মশাদা লৈখিদ্রে;
নঙ্‌বু উদ্রবদা হিংলরোই রাধা
প্রেমময়ী রাধা করিগুম্ শিরবা
মাধব! নুপী হাৎপা পাপ্ পুনি নহাক্
নুপী হাৎপগা মান্নবা পাপ্ অমা
করি লম্‌দা লৈরমগনি হে কৃষ্ণ?
মাধব নঙ্‌দি জগত্‌কী মবুঙোনি
রাধিকা নঙ্‌গী থন্নায়দৈ হেনবীনি।

কন্না লৈ মাগা মান্ন' নঙ্গী ভক্ত ?
নঙ্বু নীংজবগুম্ রাধা সম্তিনা
খন্দবনি দেবী ভারতী ফাওবা
লেঙ্বীরো থুনা বৃন্দাবন্দা মাধব
কোকহন্বীয়ু 'মুক্তা রাধাই অৱাবা" ।
উদ্ধব্ য়েংন শ্রীকৃষ্ণ, মিৎস্না থম্বাল্
তরঙ্ হৌ—হায়রকুই তপ্না তপ্থনা—
"তাও মরূপ্ উদ্ধব ! নঙ্ লোইনা খঙ্বনি
হায়য়ু করি তৌসিগে তাকুউ নঙ্না—
শ্রীদাম্গী শাপ্না রাধাগা ঐহাক্না
হৌরবনি চহি চামা কায়নবা
যুগ্ ধর্ম্ম ঙাক্ন'—ভক্তে রা ঙাক্নবা
কায়ন' তাবনি থৱাইদৈ হেন্বী মাগা
মিকু' মত্তং কায়ন্বা যুগ কয়া হৌগুম্
ৱাদবোই নীংনু নবেম্মা কায়ন্বা
চৎনীংলিবনি ঐনা থোইনা হেন্না
থম্মোইগী চান্নথোইবী ৱাধানাক্তা
হায়য়ু উদ্ধব্ ঐনা করি তৌগনি
ৱাবনা ফুল্লে ফুম্বঙ্নরে ঐদি
ঐবু করি ওইরসিগেনে উদ্ধব্" ?
শ্রীমতীগী ৱাখল্না ফুম্বংনর'
শ্রীকৃষ্ণ, মিৎস্না থম্বাল্ পিরাংনা থন্

ভক্ত উদ্ধব্। যেংলকৃই লাঙ্‌তক্লনা।
মবুঙো' নীংলি' খঙ্‌জরবা উদ্ধব্‌
মিংস্না তবংহৌ হাযজরকৃই তপ্না—
"তাবীযু প্রভু দযাময থৌজাল্‌ হৈবা।
নঙ্‌দি নোংদম্বগী নোংদম্বনি
নঙ্‌দি জগত্‌ পূম্বগী মবুঙোনি
ভক্তগী মবুঙো ভগতবৎসল্‌নি
ভক্তনা নীংবা থুনবা, করি লৈ
নঙ্‌না তৌদবা, কবম্বা মতমদা
নঙ্‌না ভক্তগী আশা কাযহন্‌খিবগে?
মবোল তবামরিদা রাধাগুম্বী
নঙ্‌গী ভক্ত করি লম্‌দা লৈবগে?
মনী থংননবা ভক্ত মহাক্কী
তৌবিগনি নঙ্‌না হে ভগতবৎসল'
বৃন্দাবন্দা ঐনা হাযবম্মী রাধাদা—
"বাপন্ন বাধে কৃষ্ণগী চান্নবী
নহক্কী থরাযগী মবুঙো কৃষ্ণ
শোযদনা অমুক্‌ লাক্কনি ননাক্তা
ঐনা মথুরা চৎলগা থিন্দনা
নবুঙোব্‌ থাবক্কনি ননাক্তা।
লেঙ্‌উ, লেঙ্‌বীযু রাধাগী মবুঙো
লেঙ্‌বীযু দয়াময থৌজাল্‌ হৈবা

ননাই উদ্ধব্‌কী ৱাশিংদু নহাক্লা
মিনম্বা ওইদবা থক্‌ ওইহন্‌বীগনু—
ননাই ভক্তগী নীংবা থুংহন্‌বীয়ু ।”
হরি মখোঙ্‌খাদুদা লৈতাদুনা
খুরুম্‌জে হায়জে হন্না হন্না
লেঙ্‌বীনবা মাধব্‌ বৃন্দাবন্‌দা ।
উদ্ধব্‌কী ৱা পূম্বা তারবদা
মোমোন্‌ মোমোন্‌ নোক্লক্‌লে শ্রীকৃষ্ণ
নুংশি শুস্মাৎ খোয়্‌থুম্নবা ৱাহৈনা
হায়রক্‌ই তপ্পা মনাই ভক্ত য়েংনা
“ কিনিঙাই লৈতরে মরুপ্‌ উদ্ধব্‌
অমুক্‌ ৱারগনু ভক্ত অথোইবা
নঙ্‌গী ৱাশকপু থুগাইবা য়াবরা
মরুপ্‌কী আশাবু কায়্‌হন’ য়াবরা
নঙ্‌গী নীংবা থুংননবা শোয়্‌দনা
নঙ্‌গী ৱাশক্‌ ঙাক্লনবা ঐহাক্লা
চংকনি ঐনা লেপ্পমক্‌ ব্রজদা
উনরুনি থবায়্‌গী রাধিকা ।
ৱারগনু মরুপ্‌ ঙাক্কনি ঐনা
নঙ্‌গী ৱাশক্তু শোয়্‌দনা থুনা ” ।
জিব পূম্বগী থম্মোই শুম্মাৎ ঙম্বা
শ্রীকৃষ্ণগী ৱা তারবদা উদ্ধব্‌

হরাউজরে, পাম্বোম থাঙ্গৎ জগোয় শরে
শক্চরকই-জয় রাধে জয় কৃষ্ণ
রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে জয় ওইরে"
থুরুমজরে উদ্ধব্ মবুঙো চরন্
শোঞ্জহনা রাধা কৃষ্ণ কোলোই
চৎখরে ভক্ত ময়ুম্দা হরাওনা ॥

---

## (১২)

## রাধা—কৃষ্ণ মিলন — কৃষ্ণগী রাশক

উদ্ধব্কী রাশক্ ঙাক্লবা ভক্তগী নীংবা থুংনবা
মঙ্লৈবাক্তা লেঙ্লক্লে হরি কৃষ্ণ শক্হেন্বা,
গোপীশিংগী মনাক্তা সনা ফিগে তাখৎনা,
লেঙ্ঙক্ই চেন্না চেন্না মুংশিংকী মমাঙ্ থাহনা;
লাঙ্তক্লবা রাথল্নি নংহৌররোই শোয়রনি
রাধা শিবনা হান্থ্রবা উহৌররোই বিনোদিনী
থন্না থন্না শ্রীকৃষ্ণ চেল্লক্লে খোঙ্না হেক্তা
মথুরা লম্বীদো শাংলবা মুংশা থীবা লোয়ননা;

তোংখিদ্রে রথ দলাই থীন্‌বা তারে খন্দুনা
চোংনা লাল্লে যমুনা চেল্লক্‌লে বৃন্দাবন্‌ ফাওনা
রাস মণ্ডল্‌ তম্‌ত্থুনা তিংখং তুম্বৌ কিদনা
হকচাং থিনগাই খোগাইনা সনা ফিগে শেগায়্‌না
য়ৌরকলে মাধব্‌ মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা ।
রাম্ভরিবী রাধানাক্তা চঙ্‌শিল্লক্‌লে গোবিন্দ
হায়রক্‌ই মুংশিনা রাধাবু চিংনা য়েংত্থুনা
হৌগৎলো মিত্তা ফজবী থরায়্‌গী রাধে চায়রবী
ঐহাক্‌ লাক্‌লে হৌগৎলো ওইন চাওবী শকহেন্‌বী
যুগ ধর্ম্ম ঙাক্লবা চৎপনি ঐ মথুরাদা
মামকংসৈই ধনু যজ্ঞ য়াওরুবনি রাধে
ঐনা হায়্‌রম্বদাই শোয়্‌দনা অমুক্‌ লাক্কনি
করিগী ওল্লি লৈবাক্‌থক্তা হৌগৎলো চায়রবী
হৌগৎলো শ্যাম্‌গী থরায়্‌, বিনোদিনী ফজবী ” ।
কৃষ্ণে য়ারা তাবদা জ্ঞান্‌ লাক্‌লে বিনোদিনী
লেঙ্‌থৎলক্‌লে রাধিকা য়েংজরক্‌ই মায়কৈ মরী
হায়জরক্‌ই তথক্লা “কদায়্‌দনো থরায়গী শ্যাম্‌”
উজরে মাঙমক্তদা মোমোন্‌ নোক্লা লেপলিবা
কাম কোটি ঙম্‌জনা ফজবা নোংহৌ ঙম্বা
রাজ বেষ থোল্ল’ শ্যামসুন্দর, গোপী থম্মোই শুদ্ধাৎপা
কোক্তগী তোন্‌ ফাও মিৎকুপ্ত মুন্না য়েংজৈ রাধিকা
শ্রীকৃষ্ণে হুমাংন চোৎল’ উফুল্‌ পক্‌পা চরন অনি

উরুবদা তিংখংনা খোগাই থিনগাইরবা হকুচাং
পাখৎচরে বিনোদিনী,—সখিশিং কৌরহুনা
শেংদোক্‌চরে মথোঙ্‌ থম্বাল্‌ ঈংল কুণ্ড ঈশিংনা
তৈজরে শ্রীঅঙ্গদা হিদাক্কা লোয়্‌নর' চন্দন্‌
মুন্না য়েংল' শ্রীগোবিন্দ হায়্‌রকই তপ্না তপ্না
"মায়থোং থাজস্তু মহাক্কী য়াব্বা খোন্‌ফম্‌স্তু ইবুঙোনি
অঙ্গগন্ধস্তু মহাক্কী চরন্‌ অনিস্তু মহাক্‌নি
অতুবু ঐগী ইবুঙোদি কৈদৌঙৈ খোন্দে রাজবেষ
সনা ফিগে থোন্‌বনি, থোন্দবনি রাজমুকুট
রাহোং চুরা লৈতেংবনি বনমালা থোন্‌বনি
খুত্তা বাসি পায়্‌বনি খোঙ্‌দা নোপুর থোন্‌বনি
হায়বীয়ু শেংনা মহাশয় কনানো নহাক্‌পু
করি লম্‌দে লাক্‌লিবা অশেংবদো তাক্‌পীয়ু"।
"করি রানোনে চান্নবী—করিনো ওইন-চাওবী
উদ্ধব্‌কী পাউ তাবদা থল্লু'দা চান্নবী নঙ্‌গী
নঙ্‌গী রাখল্‌না ঙাওহুনা অফংবা শেং লাক্‌পনি
চেন্না চেন্না লাক্‌পনি উহৌররোই থল্লক্‌পনি
অরাবা অমুক্‌ পীরম্নু চান্‌বীরোনে ঐহাক্‌পু
নুংশি খোয়্‌থুম্‌ রাঙাংনা কৌশিন্‌বীরো ঐহাক্‌পু"।
গোপী পুম্বা ঙক্না য়েংই নুংশিথোইবা শক্তম্‌দো
মথোয় ময়াম্‌ ঈরাঙ্‌ লাঙ্‌ই হয়াও মথোই কারিদো
ময়াম্‌ ঈরাং লাঙ্‌লিঙৈ রাধাস্তু ঙক্না য়েংলিঙৈ

মবুঙো পাওখুম্‌ পিদ্রিঙৈ কুণ্ডলতা সখিনা
ঈঙ্গিত তৌই মবুঙো বৃন্দা সখি লোয়ননা
অনক্‌পদা লৈরিবা চৌক্ল' কুঞ্জ তম্না।
হৌজিক্তা মাঙ্‌দা লৈরম্বা শ্যাম্‌ সুন্দর শক্‌হেন্‌বা
খঙ্‌হৌদনা মাঙ্‌খিবা—নিঙমমক্ত্রবী রাধিকা
হাইহত্ত্বনা রাম্বরে—মিৎস্না থম্বাল্‌ পিরাং থন্‌
মিং কুপ্তুনা য়েংলি মফম্‌থুঙ্গা লেপ্লম্বা শ্যাম্‌
হায়্‌রক্‌ই মতেক্‌ রাহৈনা "কদাইদা লেঙ্‌ক্লে
ইবুঙো তোল্লবীবু থাদোক্ত্বনা করি লম্‌দা লেঙ্‌থ্রবা
ঐনা করি লান্‌থিত্নুনা উনা উনা মাঙ্‌খিবা"—
রাভাংথিক্লে রাধিকা লৈরি তুমিন্‌ স্থংবঙ্‌না
সখিশিংনা কোয়শিল্লি হুমায়্‌ হুম্‌কৈ রাধিকা
কনানা মখোঙ্‌ নোইজরি কনানা য়েংলি মায়খোংদা।
চৌক্ল' কুঞ্জ মনুঙ্‌দা লেঙ্‌শিনগ্রবা ইবুঙো
ফিজেৎ লৈতেংবীরক্‌লে হৈশিংলবী সখিনা।
রাজ মুকুট লৌথোক্‌লে রাহ্যোং চূরা উষ্ণীষে
মনি পরেং হুক্তোক্‌লে বন্‌মালা শিবীরে
রাজবেষ হোংদোক্‌লে সনাফিগে থোন্‌বীরে
খোঙ্‌দা নোপুর শিবিরে খুত্তা বাসি পায়্‌হল্লে
থাপ্না থম্‌গ্রে পাঞ্চজন্য লোংশিনগ্রে গদা চক্র
লেঙ্‌শিল্লিবা কৃষ্ণমুংদে খোংলক্‌লে মুরুলি বাসি
কৌরক্‌লে তোয়্‌না " রাধা রাধা থরাইগী রাধা"।

বাসি খোঙ্জেল্ তাবদা মোমোন্ নোক্চৈ রাধিকা
পুক্নীং তয়াং তশোয়্না ফিজেং লৈতেংজহনা
সখিশিংগা লোয়ননা সঙ্কেত কুঞ্জ তম্হনা
লেঙ্শিল্লগা বিনোদিনী খুরুমজৈ মবুঙো খুয়া খাদা
মাইথোং থম্বাল্ লৈহি চুপ্চ-হংজৈ "লেঙ্লক্লবরা ?
মখোঙ্ থম্বাল্ চেজেং কোঞ্জ, নুংশি তনিক্ রাহেনা
হঙ্গৈচে বিনোদিনী থরাই মবুঙো য়েংনা
" রাশক্পীয়ু ঐঙোন্দা অমুক্ থাদোক্লরোই ঐবু
হায়বীয়ু মাধব্ অমুক্ ওৎলরোই গোপীশিংবু
বৃন্দাবন্দগী হেন্দোক্লরোই রাশক্পীয়ু মাধব্,
কায়্নবগী অরাবা খাঙ্বা ঙমজদে মিকুপ্'মতা
ঐবু অমুক্ হন্দোক্পীররোই রাশক্পীয়ু চান্নবা"।
থৌজাল্ হৈবা শ্রীকৃষ্ণ কোন্খৎপীরে রাধিকা
ওইখুৎনা লেংবান্দা থম্ য়েং'খুৎনা রাই থদাং পায়
নুংশি চান্ন মিৎয়েংনা রাধা মায়্থোং য়েংহনা
মোমোন্ মোমোন্ নোক্নুনা হায়্রক্ই শ্রীগোবিন্দ
" রাধে থরায়্গী চান্নবী থাদোক্কে ঐদি বৃন্দাবন্
বৃন্দাবনদগী খোঙ্ নামা থাংদোক্কে ঐদি কদৌনুংদা।
নঙ্ খঙ্দরা চান্নবী—থরায়্ অমত্তনি নঙ্গা ঐগা;
থরায় অমত্তনা—হকচাং অনি থোক্পতনি
নঙ্না লৈবা মফমদা কৃষ্ণ ঐসু লৈরিবনি।
বৃন্দাবন্গী উফুল্ লৈয়রিক লৈয়রিক খুদীংমক্তা

বৃন্দাবন্‌গী উপাল্‌ ৱাপাল্‌ নাপীশিংবী খুদিংমক্তা
কৃষ্ণ ঐ লৈরিবনি, লেঙ্‌দনা লৈরিবনি ঐদি
যমুনাগী ঈরিক্‌ খুদীংমক্তা; খঙ্‌উ ৱাধে
কুঞ্জ কুঞ্জ খুদীংমক্তা খোইমুনা ঙংলিবা মফম্‌দা
শাৎকায়রবা লৈরাং খুদীংদা উচেক ৱায়া পূম্বদা
কোকিল খোংলিবা মফম্‌দা ৱাহোংনা জগোয় শাফমদা
লৈনম্না হার' কুঞ্জদা লেঙ্‌দনা লৈরি কৃষ্ণ ঐ
শ্রী ' কুণ্ড মক্তদা ঐদি লেঙ্‌দনা লৈবনি ।
গোবর্দ্ধন চীংগী নূংলক্তা অক্ষয়বটকী মখোঙ্‌দা
যনগী যল্লুপ খুদীংদা যমুনাগী পুলিন্দা
কৃষ্ণ ঐ লৈরিবনি, লৈরি ঐ মফম্‌ পূম্বদা ।
ভক্তশিংনা পূন্না ঐগী কোলোই শোন্‌বা মফম
খোইদোক্না গোপী নখোয় খিবিক্কী থম্মোইদা
কৃষ্ণ ঐহাক্তী শুক্‌লেঙ্‌ লেঙ্‌দনা লৈরিবনি;
থৱায়গী ৱাধে নঙ্‌দি ঐনি ঐস্থু নহাক্‌নি
নঙ্‌গী ননাক্তগী ঐনা করম্‌ থাপ্না লৈনি ?
থৱায় য়াওদবা হকচাং হিংহুনা লৈবা ঙম্বরা
নহাক্‌ য়াওদনা কৃষ্ণ ঐনা হিংবা ঙম্বরা ?
ৱাশক্‌লি—কৃষ্ণ ঐনা, হন্না হন্না ৱাশক্‌লি
বৃন্দাবনদগী খোঙ্‌নামা থাংদোক্‌লোই কদৌনুংদা

গোপীগী থম্মোইদগী লেঙ্লরোই কদৌন্নুংদা
হিংলরোই কৃষ্ণ ঐদি রাধা নহাক্ য়াওদনা।
কৃষ্ণ বাশক্ তাবদা মোমোন্নরে রাধিকা
হরাওজরে গোপীপুম্বা বৃন্দাগী বন্‌দা

---

## মহারাস — গোপীপ্রার্থনা

বৃন্দানা শেন শাজরে রাসমণ্ডল্ নীংথি ফজনা
মবুঙো মৎশ্মা পেন্নবা শেমজৈ লৈজবা খাক্লনা
ঈংলবা মালয়া শিংলকুলে থাজস্থ বাংনা কারক্লে
মনি রত্নগী থাওমৈনা ঈরংলংলে কুঞ্জসে
অহিং মুংখিল্ থায়দরে হরাও মথোই কাজরে
লৈনম্না হা-রে, খোইমুস্থ ভংলে কোকিলস্থ খোংলে
রাহোংস্থ জগোয় শারে ঈশৈ শক্লে শুক শারি
গোপীশিংনা ইকোয়্ কোয় রাধা কৃষ্ণ য়ায়দা লৈ
অনিনা শান্নরি মহারাস হরাও মথোই কানা
অনিগী শক্তম্ উজবা ইপেন্ পেল্লি গোপী পুম্বা
জগোই শারি ঈশৈ শক্লি যন্ত্র মথল্ মথেল্ য়ৈরি খোংলি
যন্ত্র পুম্বৈয় শুরগা মেঙ্ন- শুক্কৎ-খোঞ্জেল্ গোপীশিংগী

অমত্তা ওইনা তিন্দুনা ইনিন্ নিল্লে কুঞ্জবন্‌সে
নোপুর্ খোঞ্জেল্ ঝন্ঝন্ ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা
নাইতোম্ জগোয়্ শানবা গোপী থম্মোই শুস্নাংলি;
রাধা কৃষ্ণ জগোয়্ শারি মী শুস্নাংপা শাথেক্লা
গোপীশিংনা শারি জগোয়্ খুৎশম্ননা ফজনা
লুর' সুরবা তাল্দা অভিনয়্গা লোয়্ননা;
জগোয়্দা হৈশিংলবা নটরাজ শ্রীগোবিন্দ
গোপী খুদীং লেঙ্গোম্না-জগোয় শামিন্নৈ হরাউনা;
গোপীশিংগী মায়থোং থবাল্ লৈহি চুপলি মাধব্
মবুঙোনা চান্বীরবা গোপী খুদিং পেঙ্গরী।
অয়াম্বা গোপীশিংনা জগোয়্ ঈশৈদা লুপলিঙৈ—
হরাও মথোই কারিঙৈ উচেক্ রায়া খোংলিঙৈ
ইবুঙোনা চান্বীবা গোপীশিংনা খল্লিঙৈ
ঐখোইবু হেনবা লৈতরে নাপল্না ময়াই কারিঙৈ
ইবুঙো ইবেম্মা অনিদি লেঙ্শিন্খরে কাইদ-কাইদা
থুপ্ল' কুঞ্জ মনুংদা গোপী কনা উহৌদা—
চিংনা য়েং—মোমোন নোক্, রাধিকাগা লোয়ননা
ইবুঙোনা শাম্নরী, রাধা মথোই কাজরি;
গোপীপুম্বা থাদোক্ল' মহাক্তনি চানবীবা
খল্লুরে রাধিকা মহাক্তনি থাইদৈই হেনবা
নাপল্ মথোই কারবী মবুঙো য়েংনা হায়রক্লে
"থরায়গী মবুঙো খোঙ্ থাংবা থোক্তরে

তিংখঙ্ তুম্মৌলক্সিদা অমুক্ চৎপা ঙমজদ্রে” ।
“ চান্নবী রাধিকা কাখৎলক্উ লেংবান্দা”
নৌথজবী রাধানি মবুঙোগী লেংজুম্দা
খোংথাং অনি মরিনি ফজরবা কুঞ্জদনি
খঙ্হৌদনা উখিদ্রে-চান্নথোইবা শক্হেন্বা
লৌশিং লাক্লে রাধিকা ঐনা লানগ্রে য়াম্না লানগ্রে
নাপল্ মথোই কারুরে—মনাই ওইবী কাউরুরে
“ কদায়দনো শ্যাম্ রাধা থম্মোই মবুঙো
চান্বীয়ু ননাইবু হুন্দোকপীনু অম্মম্না” ।
জ্ঞান্ মাঙ্না রাম্বরি হরি কোলোই শোঞ্জরি
শুক্ল বন্ ময়াইদা লুরুক্ হিক্না তেংথারী ।
রাস মণ্ডল্ ময়াইদা গোপীশিংনা খঙ্লক্লে
ইবুঙো ইবেম্মা লৈরমদ্রে-থরাই রানা থিরক্লে;
কুঞ্জবন্গী লম্বীদা শুক্লবা উমং থাক্তুরে
উখি খোঙ্গুল মরি—লাকখি খোঙ্গুল তুংইন্না
খর চৎলে হায়রগা—উরে খোঙ্গুল্ অনিতা
খঙ্ই ইবুঙো খোঙ্গুল্নি যোগী ঋষিনা পাম্জবা
উরুরে গোপীশিং রাম্বরিবী রাধিকা
ইবুঙোদি লৈরমদ্রে—রাবনা চিনবান্ কংলক্লে;
মবেম্মগা লোয়ননা গোপী মথোয় খিবিক্না
শোঞ্জরক্ই হরি কোলোই পূন্না মুংশি খোঞ্জেল্না—
“ কদায়দনো শ্যাম্ গোপী থম্মোই ” মীওৎপা

চানবীয়ুনে নম্বাক্কা ঙাক্পীয়ুনে ইরাল্ কয়া"
গোপীনা কৌবা তাবীরে রাধানা ৱাবা উবিরে
খঙ্হৌদনা থোরক্লে মদন্ মোহোন্ শক্নৌবা
গোপীশিংনা ইকোয় কোয় হরাও মথোয় কারবা
থিঙ্জিজরে মখোয়না ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক
যোগপীঠ কুঞ্জ রাজ' থৌরাংজবা ভক্তনা;
চীক্লবা কুঞ্জ নুংদা শান্নরী অথুপ্পা লিলা
ইঙ্গিত্ খঙ্বী সখিনা মরুওইবী সখি নিপান্না
চঙ্জৈ সেবা মথোয়্গী চেক্শিন্না ঙৌথিনা,
কনানা চামর হুমজৈ কনানা মখোঙ্ নোইজৈ
কনানা শিক্-নাজৈ তপ্পা তপ্পা কনানা ক্কা লান্জৈ
কনাগুম্বী সখিনা মনম্ নুংশির' থক্ক'-ঈশিং
কনাগুম্বীনা লৈগী পরেং লৈগী নাচোম্ হুকচৈ চিঞ্জে ।
মবুঙো মবেম্মা অনিগী যুগোল্ মুর্ত্তি উজবা
পুক্নীং তুজং হরাউই গোপী মথোয়্ অপূম্বা ।
যোগীন্দ্র মুনীন্দ্র কয়না চহি চা কয়া কয়া
হোম্ জপ্ জপ্ তপ্ তৌদুনসু ফংঙমদ্রবা
মবুঙো মবেম্মা অনিগী অসিগুম্বা যুগোলরূপ,
উজদুনা গোপীশিং লাইবক্ ফবী ওইজরে ।
ফুগায়না শাংলবী থম্মাল্গী লৈনা ওইবী গোপীনি
মকোক্ ওইবী সখি নিপান্ ওইরে লৈরিক্ ফজবী—
রসতনা ঙাওজরবী তনিক্ তনিক্ লিবী

অসিগুম্বা লৈরিক্তা য়োম্‌শিল্লবা লৈয়োম্নুং
কুঞ্জরাজ যোগপীঠ' মনিংগী তাঙ্‌বল্‌থক্তা
রাধা কৃষ্ণনা ঙাম্থোইরবী কাম্‌ কোটি শুম্মুৎনা
উজবদা অসিগুম্বা ফংঙম্‌দ্রবা যুগোল্‌ মুর্ত্তি
হরাও মথোই কাররবী ঙাওরবী গোপীপুম্বা
হায়নরক্‌ই মখোয় মশেল্‌ শক্লরক্‌ই নুংশি ঈশৈ—
“ য়েংউ য়েংউ ইতাশা রাধা কৃষ্ণ যুগোল মুর্ত্তি
নমিৎ পেম্না য়েংজহৌ ফংঙম্‌দ্রবা মুর্ত্তিসে
শ্যাম্‌গী ওইদা ঙাম্থোইরবী রাই বিনোদিনী ফজবী
ফুয়না নোং হৌঙম্বা শ্যাম্‌ নোংথাং ওইরে ইবেম্মনা
উজবদা যুগোল্‌ মুর্ত্তি লাইবক্‌ ফরে গোপী ঐখোই
অসিগুম্বা শক্তম্‌বু ইবুঙো ইবেম্মা অনিবু
মপোক্‌ খুদীং উজবা চরন্‌ সেবা ফংজবা
পীনবীয়ু নখোয়না মপোক্‌ মপোক্‌ খুদীংদা;
ননাই ওইবা ফংজগে নখোং থম্বাল্‌ উজগে
ঐখোয় থম্মোই মন্দিরদা যুগোল্‌ সেবা ফংজগে
পীনবীয়ু নখোয়না চান্‌বীয়ু চান্‌বীয়ু ঐখোয়বু” ।
ঘীদা লুপ্প বর্ত্তিনা আরত্তিবু কচ্চরী
গোপী [illegible] বিবিক [illegible]না শক্‌চৈ শোঞ্জে পূল্লপা—
“জয় [illegible] জয় [illegible] রাধা কৃষ্ণনা জয় ওইরে ”

[illegible] লোইরবা